


# CHOTHEGEE KHUNUNG EESHEI
## collection of The Chothe folk songs

Published by
LAMLANGHUPI (CHOTHE ) WOMENS' SOCIETY
Bishnupur District, Manipur

First published
On the occasion of ENAMPEILIN
The traditional post harvesting festival of the Chothe
25 February 2002

Price : Rs. 100/-



Photo
Lai Imo & Ph. Jogen

Cover & Art works
Haobam Sukumar, T. Mangi & N. Jonish

Printed at: Lamyanba Printers, Konung Lampak, Imphal - 795 001, Manipur

# থাগৎচবা

**চোথেগী খুনুং ঈশৈ** লাইরিক অসি মমল নাইদ্রবা মীওই কয়াগী মতেং ফংলমদ্রগদি ওইখোক্লমলোই। মরম অসিনা মখোয় পুম্নমকপু অহানবদা তৌবীমল খংবা উচ্চরি।

অহানবদা মচা-মশুশিংগী খুখাংদা ঈশৈ ময়েক শিন্নবীরম্বা লাই ওইখ্রবা লমলাংহুপী চোথে খুলগী অহলশিং - **হিয়াং তোম্বে, য়ুলুং লিনহোই, হিয়াং খম্বতোন, মরিম তাম্রসিং** অমদি **হিয়াং চন্দ্রহোই** মখোয় মণ্ডাগী মফমদা নোম্মুকচরি। ইশিন্দুনা থম্নহৌবা ঈশৈ ময়েকশিং পুথোকপিরকখিবা **হিয়াং গুলাপশিং, হিয়াং থম্বালজাও** (লুপলাকপা), **য়ুলুং তোমাল** লোয়নননা অহিং নুংথিল হায়বা থিবীদনা চৎচরুবা মতমদা হেক্তা ফম্মিন্নরগা ঈশৈ শকপীদুনা ময়েক ইবা ফংহনবীখিবা **হিয়াং য়াইকন, য়ুলুং হোংবা** অমদি **মরিম পৌহোংলুং** (খুল্লাকপা) খ্বাই পুম্নমকপু তৌবিমল খংবা উৎচরি। খুল অসিগী থৌবৈগী অহলশিংবু য়াম্না তোয়না পুন্নবা হোৎনবদা মশাগী থৌমক্কি খনবীদুনা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎনবীখিবা **থাও যাত্রা** লোয়নননা থৌবৈগী অহলশিং **থাও কালেনসিং, মরিম মেরাজাও, মরিম খুমম্বৌ, হিয়াং বোকুলসিং, বেঞ্জামিন চোথে** অমদি থবক অসি পাঙথোকমিন্ননবা হরাওনা চোংথোকপিরকখিবা **য়ুলুং মাইপাক চোথেনচিংবা** খ্বাই পুম্নমকপুশু থম্মোই শেংনা থাগৎচরি।

থবক অসিগা মরি লৈননা খুলগী কুম্মে কয়াদা ভিজুয়েল অমদি ওডিও রেকোর্ড লৌবদা মতেং পাংবীখিবা **খুন্দ্রাকপম ইনাওমচা, মেইরাংথেম দিলিপ** অমদি **ফানজৌবম যোগেন** লোয়নননা পুক্লিং থৌগৎপীখিবা অহলশিং- **ওইনাম ভোগেন, মাইবম রাজেন, ইরেংবম অরুন, ডাঃ এম.সি. অরুন** পুম্নমকপুসু তৌবীমল খংবা উচ্চরি।

চহি অমা হেল্লো শাংলবা মতমগী মনুংদা খুলসিদা হিপফম-চাফমগী নুংনাংবা অমত্তা পোকহনবীদনা ইয়ুম অমগুম্না খুদোংচাবা পীবিখীবা লুপলাকপা **থম্বালজাওগী** ইমুং মনুং, **মিস হেইনু, মিস থানিদম, কৈদি চোথে, দিমহো চোথে** পুম্নমক অসিগীদি মপোক অসিগী ওইনা লমন তোনশিঞ্জরবনি।

অরোইবদা লাইরিক অসি পুথোক্লবা শেলগী চাদিং পুম্নমক পুথোকপীখিবী **লমলাংহুপী চোথে বুইমেন্স সোসাইতি**, প্রিন্টিং চার্জতমক লৌবীরগা লাইরিক অসিবু নম্বীখিবা **লময়ানবা প্রিন্টর্স** অমদি লাইরিক অসিগী মখুমগী মওং পুথোকমিন্নখিবা গ্রাফ ডিজাইনর **হাওবম শুকুমার** অমশুং লময়ানবা প্রিন্টর্সকী **তাওরেম মঙ্গি, নোংমাইথেম জোনিশ** লোয়নননা **সাইখোম শান্তি** খ্বাইবুশু থম্মোই শেংনা ঈশৈ খোমজীনজরিবশিংগী মাইকৈদগী থাগৎচরি।

লোই ৱুমো

# অফোঙ্বগী ৱারোল

লমলাংহুপী (চোথে) ৱুইমেন্স সোসাইটি, বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্তকী মনুং চন্না লৈবা লমলাংহুপী চোথে ভিলেজদা লৈবা নুপীশিংগী শিংলুপ অমনি। খুল অসি ইম্ফালদগী কিলোমিটর ৩০ রোমতমক লাপই। সোসাইটি (শিংলুপ) অসি খুল অসিদা লৈবা মৌ অমদি নিংঙোলশিংনা পুন্সিন্দুনা শেম্বনি। হৌজিক মেম্বর ৫৫ লৈরবা শিংলুপ অসি ইং ১৯৭২দা লিংখৎখিবনি। রেজিষ্টার নম্বরনা ১০৮৮ নি। ইং ১৯৭২ দগী ১৯৯০ ফাওবা থৌ পুখিবশিংদি চিয়ারমেন - *মিসেস পিজিঃ খমনু চোথে*, ভাইস চিয়ারমেন - *মিষ্টর ঐইচঃ নিংথৌজাও চোথে*, সেক্রেটরি - *মিসেস টিঐইচঃ থরোশং চোথে*, জোইন্ট সেক্রেটরি - *ৱাইঃ মাইপাক চোথে*, কেসিয়ার - *মিস ঐইচঃ অতোম্বী চোথে* অমসুং জোইন্ট কেসিয়ার - *মিসেস ঐইচঃ থম্বালহোই চোথে* মখোয়সিনি। ইং ১৯৯০ দগী ১৯৯৬ ফাওবা থৌ পুখিবীশিংনা চিয়ারমেন *মিসেস ঐইচঃ জাবোটি চোথে*, ভাইস চিয়ারমেন - *মিসেস এমঃ অশংবী চোথে*, সেক্রেটরি - *মিসেস পিঃ মঙ্গী চোথে*, জোইন্ট সেক্রেটরি (ইং ১৯৯২ ফাওবা) - *ৱাইঃ মাইপাক চোথে*, জোইন্ট সেক্রেটরি (ইং ১৯৯২ ১৯৯৬ ফাওবা) *মিসেজ পিঃ মেরি চোথে*, কেসিয়ার (ইং ১৯৯২ ফাওবা) *মিসেস টিঐইচঃ জাংসুনাসিন চোথে*, জোইন্ট কেসিয়ার (ইং ১৯৯২ -১৯৯৬ ফাওবা) - *মিসেস ঐইচঃ কুমারি চোথে* অমদি এক্সিকুটিভ মেম্বরশিংনা মথংশিংনা *মিসেস টিঐইচঃ জাংনু চোথে, মিসেস আরঃ কবিসিনলু চোথে*, *মিসেস পিঃ থম্বালঙৌবী চোথে*, অমসুং *মিসেস ঐইচকেঃ খমবিনা চোথে* হায়রিবশিং অসিনি। ইং ১৯৯৬ দগী হৌজিকফাওবা থৌ পুরিবীশিংনা চিয়ারমেন - *মিসেস আরঃ কবিসিনলু চোথে* ভাইস চিয়ারমেন -- *মিসেস টিঐইচঃ লৈমহল চোথে*, জেনেরেল সেক্রেটরি - *মিসেস এমঃ শংঙুরৈ চোথে*, জোইন্ট সেক্রেটরি - *মিসেস টিঐইচঃ জাংনু চোথে*, কেসিয়ার - *মিসেস ঐইচঃ থারোনি* অমদি এক্সিকুটিভ মেম্বরশিংনা মথংশিংনা *মিসেস ঐইচঃ ঙানপিরু চোথে*, *মিসেস ঐইচকেঃ খমপিনা চোথে*, *মিসেস পিঃ থম্বালঙৌবী চোথে, মিসেস ঐইচঃ রোজ চোথে* অমসুং *মিসেস টিঐইচঃ শঙ্গাইচাওবী চোথে* হায়রিবীশিং অসিনি।

ঐখোয়গী চোথে খুন্নাইদা য়ুম পুরবী নুপীশিংনা ইমুং মনুংগী কুপনোমশিংদ নত্তনা খুল লৈকাইগী ওইবা থবক থৌরম কয়াদা অচৌবা থৌদাং লৌরক্লি। লৌউ-শিংউবগী থবক্তস্ চোথেগী নিংঙোল-মৌ পুন্নমক্কীদি মপুং ওইবা শিন্থানি। অমরোমদা য়েলহৌঙেদগী পাঙথোকপা শিন্থা. য়ু চাক থোংবগী থবক অসিশু ঙসিফাওবা থাদোকত্রি। অশুম্না শিন্থা কয়া অমা পুনা-পুনা হৌরক্লীবা মীরোল অসিগী চোথে নিংঙোল কয়াদি স্কুল কলেজ কাদুনা লাইনিক লাইশু তম্নরে। ঙসি খুল অসিদা গ্রেজুয়েট অমদি এমঃ এঃ গী থাক য়ৌনা তম্লবী চোথে নিংঙোল য়াওরে। লোইননা লনাই অমদি সরকারগী লোয়শংশিংদা শিন্থা কয়া পায়নবশু য়াওরে। মসিদ নত্তনা বিষ্ণুপুর ম্যুনিসিপাল কাউন্সিলদশু ৱার্ড নম্বর ১২ গী মীহুৎ ওইনা *মিসেজ এমঃ শঙ্গুরৈ চোথে*না জাটি অসিগী অহানবী নুপী মেম্বর ওইদুনা য়াওরি। অশুম্না লমদমসিগী চাওখৎ থৌরাং কয়াদা চোথে নুপীশিংশু অঙম্বা থৌদাং য়াবা ঙম্লবগী পান্দম মখাদা নুপীগী শিংলুপ অসি লিংখৎচখিবনি।

শিংলুপ অসি লিংখৎখিবদগী ঐখোয়না পাঙথোকখ্রবা থবক খর পনজবা তারবদি ইং ১৯৯৩ দা কাংলুপকী ইরাংনা অরাবা নংলবা খুঙ্গোন্নবশিংদা চৎতুনা খুল-খুলদা (লুপা ২০০/২০০ ) শেলগী মতেং পাংখি। খুল অসিগী লম্বী থোং শেম্বা, শান্নরোইশিং অমদি খুলগী অনা-অয়েক য়াওরকপনচিংবদশু মতেং পাংলকলি। কলচরেল প্রোগ্রামগী মথৌ তারকপদশু হেক্তা শরুক য়াবা ঙম্লবা শেম শাদুনা লৈ। অমরোমদা মীশিং য়ামজদবা ঐখোয়গী জাটি অসিগী ইনাৎকী মচাক কয়া নোংম নোংমগী মাঙশিনলকপা অসিদশু শিংলুপ অসিনা য়াম্না পাখৎচবা পোকচৈ। মমাংঙৈদগী হৌনা চোথেগীদি পোকপা শিবা অমদি খুলগী ওইবা হরাও-কুম্মৈগী থৌরম কয়াদা নুপীশিংতনা পাঙথোক্লদবা থবক হায়বদি নুপীশিংতনা শক্লদবা ঈশৈ অমদি শাগদবা জগোই লৈজরি। মদুশিংদু ঙসিদি অয়াম্বনা কাওনরক্লবনি। অমবোমদা জাটি অসিগী নিপা অমদি নুপীশিংনা শেৎ-ইনগদবা ফি মখল কয়াশু মাংখিদনবগীদমক ঐখোয়না ঙসি খ্বাং ইয়োংদা খরমখৈ হৌরক্লবা নুপীমচাশিংদা তম্বীদুনা শানরি। অশুম্না নাৎকী মচাক কয়া মাংহন্দনা থম্বা হায়বসিমশু ঐখোয়গী শিংলুপ অসিগী পান্দমনি।

হন্দক ঐখোয়গী খুল অসিদা ইনাও *লাই ইমো* লাকপিদুনা জাটি অসিগী ইপু-ইপাখোয়না শরুরম্বা খুনুং ঈশৈগী মরেক খোমজিনবীবি হায়বা খঙলকপদা ঐখোয় য়াম্না হরাওজবনি। মাগী থবক্তা খুল অসিগী *য়ুলুং মাইপাক* চোথেন্সু মাঙলীদুনা জাটি অসিগী হিংলীবা অহলশিংগী মনাক্তা কোয়চৎ চৎতুনা ঈশৈ খোমজিনবা ঐখোয়না উৰ্জাখি। মদু লাইরিক ওইনা ফোঙগনি হায়বা তারকপদা ঐখোয়গী শিংলুপ অসিগী এক্সিক্যুটিভ বোডিনা লাইরিক মদু ঐখোয়না ফোঙলশি হায়না খন্নখি। বাফমসি খুলগী থৌবৈদা হৌদোকচবদশু থৌবৈ, লাই ইমো অমদি মাইপাকখোয়নাশু হরাওনা যাব্বিবকখি। মদুগীদমক পুম্নমকপু থাগৎচবনি। লমলাংহুপী ( চোথে ) বুইমেন্স সোসাইটিগীদি অহানবা ওইনা ফোঙগদবা লাইরিক ওইবসিদা জাটিসিগী ফি খবগী ফোটোশু হাপহৌশি হায়না ইনাও ইমোদা হায়রখি। মদুদশু ইনাওনা ফোটোনচিংবা নম্বীদুনা খরমখৈ হাপচরে। অশুম্না ঐখোয়দি শুপ্নগী শেলখক পুথোকচবগী থাওনি। লাইরিক ওইনা পুথোক্লবা হোৎনবদা প্রেসতকা নোংমশু চৎলুবা নত্তে। লাই ইমোনা মশাগী থবক্কি হায়না শানবীদুনা অহিং-নুংথিল নাইদনা কোয়চেন চেন্দুনা অদুম হোৎনবীবনি। মদু নৎলমদ্রবদি অশুক থুবা মতমগী মনুংদা লাইরিক অসি ঐখোয়না ফোঙবা ঙমলমলোই। মসিগীদমক সোসাইটি অসিনা ইনাওবু য়াম থাগৎচবনি। অমরোমদা খুল অসিগী মাইপাক চোথেবুশু ঐখোয়গী সোসাইটি অসিনা হৌদোরকপদগী হৌনা মতেং কয়া পাংদুনা লাকপীরি মদুগীদমকশু চাউখৎলবা থাগৎচরি। মতুংদা লাই ইমো অমদি মাইপাক চোথেনা জাটি অসিগী ওইবা থবক কয়াশু চৌবিরকখিনি নীংঙৈ। মদুদশু ঐখোয়না অঙম্বা মতেং শোয়দনা পাঙজগনি। অরোইবদা ইরনদম অসিগী ইচিন-ইনাও মমামদা হায়জনিংবদি ঐখোয়না অহানবা ওইনা ফোঙজরিবা লাইরিক অসি য়াম্না খঙলে হৈরে হায়বগী মপলদা পুথোকচবা নৎচদে। অশোয় অরান কয়া অমা শোয়দনা য়াওরমগনি। মদু পুম্নমক জাটি অসিবু অমদি ঐখোয়গী ইনাৎপু নুংশিবীদুনা হেন্না কপাংনবা পাওতাক পিবীরকউ হায়বসিনি। মতুংদা সোসাইটি অসিনা পায়খৎচরকপা থবকশিংদা মীয়াম্না পুক্নীং থৌগৎপীয়ু অমদি মতেং পাংবীয়ু হায়না থম্মোয় শেংনা হায়জরি।

**মিসেস আরঃ কবিসিনলু চোথে**

চিয়াবমেন, লমলাংহুপী ( চোথে ) বুইমেন্স সোসাইটি
বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্ট, মণিপুর

# ৱামাং য়ানবা

## (১)

মণিপুরদা হৌজিক ইণ্ডিয়া গভর্ণমেন্টনা সেদ্যুল ট্রাইবসনি হায়না লাওথোক্লবা মণিপুরী চীংমী কাংলুপ কুনমাপলগী মনুংদা চোথে হায়বা কাংলুপ অসিশু অমনি। চোথেশিংনা ঙসি খুন্দারীবনা মণিপুবগী দিষ্ট্রিক্ত অনিদা হায়বদি বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্ত অমদি চান্দেল দিষ্ট্রিক্তকী তোঙান-তোঙানবা খুলশিংদনি। চাওরাক্লা মখোয়গী অপুনবা খুল মশীং অসি তরাতরেৎলোম শুরি। মখোয়গী অপুনবা মীশিং অসি ইং ১৯৯১গী মীকোক থিবগী মতুং ইন্না অপুনবা মীশিং ২৫০৭ নি হায়না পীরি। মখোয়গী খুলশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী লীরবা খুম্হোরকফমনি হায়না থাজনবিবা খুলগী মমিংদু *হুইপীথোরাংঙা* নত্রগা *চোথে মুনপী* কৌই হায়। অদুবু খুনফম অদু কদাইদা লৈবগে হায়না চপ চাবা মফম অদু খংনদ্রে। কনাগুম্বনা মদু মিজোরামগী মনুংদা লৈ হায়নবশু য়া ওই। অদুবু মফম অদুদা হৌজিক চোথেশিংনা খুন্দারি হায়বগী প্রমানদি ফংদ্রে।

মণিপুবগী মনুংদা চোথেশিংনা খুৎকন পাঙ্গলনা মতীক মগুণ ফুদোক্নুনা পাল্লম্বা মফমসি বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিক্তকী মনুং চন্না লৈরিবা *লুমলাংদোং* নত্রগা *লম্মাংদোং* হায়রিবা খুল অসিদনি। মসি মণিপুবগী খ্বাইদগী লীরবা বিষ্ণুগী চেক্লা শাবা লাইশং (মৈদিংঙু ক্যামবগী মতমদা শারম্বা) লৈরিবা মফম অদুগী খা ওইরপা *চোথে খুমন* হায়না খংদুনা লৈরিবা অসিনি। অদুবু মফম অসিদদি মখোয়না লুনা খনজবা *চোথে থাঙরাই পাখংবগী* খুভম, লাইশং অদু নত্তনা চোথে অমত্তা খুন্দাদ্রে। মফম অদুদগী খা নোংচুপ ওইবপ্পা কিলোমিটর অনিরোম লাপ্পা লৈবা *লমলাংদোংগী চোথে ভিলেজ* হায়বদুদা ঙস্না খুন্দাদুনা লৈরে। খুল অসি ইং ১৮৮৪/৮৫দা লমাংদোং খুমনদগী খুঙ্গা থপ্পা হোংলকখিবনি। মতমদুদা অহানবা ওইনা খুল্লাকপা ওইখিবনা *থাউ কৈচোংপা চোথে* কৌই। মখোয়না খুল হোংদোরকখ্রিবসি মীশি-মীনা তোয়মনবদগীনি হায়নরি। মণিপুর গেজেট তা ইং ১৯৬১গী নবেম্বর ১দা ডিপুটি কমিশ্নার, মণিপুরনা থোকখিবা নোটিফিকেশন নম্বর ১৪২-ই-১০৪ দদি খুল অসি *চোথেসনারেং* হায়না ইরম্বা থেংনৈ। খুল অসিগা কিলোমিটর অমরোম লাপ্পনা নোংপোকলোমদা *চোথে খুন্নৌ* হায়বা অনৌবা খুল অমশু খুলসিদগী মীওই খরনা শেমদুনা খুন্দারে। খুল অনিমক অসিনা বিষ্ণুপুর ম্যুনিসিপাল কাওন্সিলগী বার্ড নম্বর ১২ ওইরি।

চান্দেল দিষ্ট্রিক্ততা তোপ্পা লৈরীবা চোথে খুল অমনা ইম্ফাল মোরে লম্বীদা মোরে য়ৌগদবা কি.মি. ৩০ রোম ৱাৎলিঙৈদা লৈরিবা *খোঙখাং চোথে ভিলেজ* অসিনি। মসিশু বিষ্ণুপুরগী চোথে খুমনদগী ইম্ফাল অদুগা ইম্ফালদগী মথং মথং নোংপোক পাংনা চৎখিদুনা খুন্দাখিবনি হায়না খুঙ্গাশিংনা হায়জে। খুল অসি তেংনৌপল এসেমব্লী কন্সটিট্যুয়েন্সিগী মনুং চল্লি। চান্দেল দিষ্ট্রিক্ততা তারীবা অতৈ চোথে খুলশিংদি পলেন-চান্দেল লম্বীদা

অমদি শুগুনুবোমদনি। মখোয় অসিশু ইম্ফালদগী হোংখিবনি হায়না মখোয়না হায়জে। অমরোমদা মখোয় অসিদি পুরুম হায়না কাংলুপ অদুনি হায়বগী রেকোর্ডশু থেংনৈ। ইং ১৯৬১গী মণিপুর গেজেট তা (নোটিফিকেশন নম্বর ১৪২ ই-১০৪) তা তেংনৌপল সাউথকী মনুংদা *পুরুম তম্পাক, পুরুম লাইনিংখুল, পুরুম পাম্বা* অমদি *পুরুম খুল্লেন* হায়না ইরম্বা থেংনৈ। হৌজিকমক্তি খুল অসিগী খুঞ্জাশিং অমদি চোথে কাংলুপ্না মখোয় চোথেনি, পুরুম হায়বসিদি লম অদুগী মমিংনি। অদুনা মখোয়বু *পুরুম চোথে* হায়না খংনবিবনি হায়জে।

মণিপুরগী অঙনবা ৱারী শীংবুলশিংদা চোথেশিংসি য়াম্না খুৎকন পাঙ্গননা পাল্লম্বগী ৱারী থেংনরী। মৈতৈশিংগা চোথেগা চারো মৌরোনদুনা মোইরাং মাইকৈ অসোমদা পাল্লম্মী হায়বগী ৱারীসু লৈরি। মৈতৈগী অবাবা ময়েক্তা খুৎই ওইনা থম্লম্মা লাইরিক *চোথে থাংবাই পাখংবা* হায়বা অদুগী মতুং ইন্না, নোংদা লাইরেন পাখংবনা চোথে নিংথৌগী মচানুপী খমলাং তাওবীবু পায়রম্মী। *চোথে থাঙবাই পাখংবা* হায়রীবসি মখোয়গী মচানিপানি। থাঙবাই পাখংবনা অমুক চোথে নিংঙোল শুনুরেম্বীগা পায়দুনা খুল অসিদা কুমশিং কয়া পাল্লম্বগী ৱারী লৈবা। মণিপুরগী থাজবাবীশিংগী মনুংদা অথোইবা মপুরোইবা নীংবী অমদি অশি লৈবাক্তুগী মপুরোইবগা ইনমিন্নরক্লা [illegible] হমা মাংমদা চাদা নাওদাদুনা পানখিবা বাবীশিংগী মনুংদা চোথে থাঙবাই পাখংবা অমদি চোথে নিংঙোল শুনুরেম্বীগী ৱারী অসিশু অমনি।

[illegible] থাঙবাই পাখংবা অমদি শুনুরেম্বীবু অথোইবা লাইনি হায়না লৌনৈ। চোথে খমনদা [illegible] [illegible] অশেংবা নিংথৌ (শুরুম) নাওদুনা খুদম চাদম পীবিবা মমর্মা হায়না ওসিনাওবদা লাইশং শেমদনা [illegible]। চোথেগী খুল শেম্বা খুদিংদসু পাখংবা অমদি শুনুরেম্বীগী খুডম থাদুনা খরবনী। তৌবিতন থৌওং অসি [illegible] চোথেগী [illegible] হৌজিক শম্নদ্রে। অয়াংবা খুলশিংদা খুডম থানবদুনা ওবা মরম কাওথোকয়ে।

[illegible] হৌজিক কৃষ্টান লাইনিং অসি খৃষ্টাব্দ ১৯৪১ গী মতুংদগী চপা চপা লৌবা হৌনবকখিবনি। অহানবা খৃষ্টান লাইনিং [illegible] লাইনিংখুল গী (চান্দেল দিষ্ট্রিক্ত) থাও অবুং চোথে কৌই। মমাংঙৈদদি জাতি অসিগীশু খুলগী লাই, পখ্রো ওাকপা লাই, মইং মরোং পীবীবা লাই, য়ুমগী লাই, অশিবগী লাই অসিনচিংবা কয়াগী থাজনবী লৈরম্মী। তোয়নবা পোকপা শিবা অমদি অতৈ থৌরম কয়াদা ইবাৎ থৌনীবগী চৎনবী লৈরম্মী। মখোয়শু অপোকপা খুঙ্গগী চৎনবী লৈ। ওসিশু মখোয়না শাগেগী ওইনা শিথ্রবশিংগী অরোইবা মথৌ মডম পাংথোকপসি তৌনরী। মসিবু *কুতন* হায়না খংনরী। মমাংঙৈদা মসিবু *উক্রোং হোংবা* (অরুংফুন) হায়নবম্মী হায়। হৌজিকশু থৌরম অসি পাংথোক্লৌমখৈ শাগে অদুগী লৈখিদ্রবা মীওইশিংগী মংফমদা নিংশিং ফুরা শাবা য়াদে হায়বগী চৎনবী লৈরি। মতৌ অসুম্না চোথেগী মাংলমচৎকী চৎনবী, থাজনবী থৌওং কয়াগা নৌনা চংলকপা লাইনিংগী চৎনকাংলোনশিংগা য়ানশিন্নবগী মশক অমসু চোথেশিংগী খুন্নাইদা উবা ফংলি।

চোথে থাঙবাই পাখংবগী চহিগী ওইবা মথৌ মডম পাংথোকপনচিংবগী চৎনরোলনা পুন্সিন্দুনা ঙসিসু মাঙলমচৎকী চৎনরোল কয়া লমলাংহৄপীগী চোথে খুঞ্জা অহলশিং খরনা ঙাক্লী। মখোয়না মনাৎকী থৌরম পরেং, লাইশোল তীনশোন, ঈশৈ নোংমাইনচিংবশিংগী মনুংদা খরগীমখৈদি শোয়খি-কাওখিদনবা হায়দুনা মশা-মশানা,

মখোয়গী লোন্দা, বেঙ্গলী ময়েক্কা ইশিল্লগা পায়নবা য়াওরী। মখোয়গী ময়েক লৈজদে। ঙসি মখোয়গী ঙাংনরিবা লোন অসি লোন অতৈ য়ানশিনলবা লোননী হায়বসি মখোয়নসু য়াজে। মখোয়দা চংশিনখ্রিবা লোলশিংদি চিরু, কবুই, কোম, পাইতে, আইমোল, মৈতৈরোল অসিনচিংবনি। অমরোমদা হিন্দি, ইংরাজী, বেঙ্গলী সংস্কৃতনচিংবা খরশু মহুৎ শিনলীবা অশেংবা চোথে লোন করিনো নিংশিংনদবমখৈ শিজীন্নরে। মসিগী মরমসি মখোয়গী মীশিং য়ামজদবা অমদি খুনলোন কৈরোন্নবশিংগা তোরো-খদাননা হিংমিন্নবসিননি হায়বা য়াই। মসিগী মথক্তা কাংলুপ অতৈগা চারৌ মৌরৌনবদশু মখোয়গীদি থোইনা হকচিন্না অথিংবশু লৈতে। চোথে নিংঙোলশিংনা মৈতৈ, কবুই, কোম, চিরুনচিংবদা ওংখিবা অমরোমদা মখোয়নসু অতোপ্পা কাংলুপকী নিংঙোল লৌরুদুনা, ঙাই-শেন ওইনবা য়াম্না য়াওরে। মসিগী মথক্তা মণিপুর অমসুং মণিপুরগী মপান্দা চত্তুনা লাইরিক-লাইশু তম্নরক্নী। অসিগুম্বা মরম কয়া অসিনা লোন ফিজেৎনচিংবগা শাগোন্নরীবা পুন্সি মহিংদা য়ানশিন্নবা অনৌবা পুন্সিগী মশক অমদি ঙসিগী চোথেগী খুন্নাইদা উবা ফংলি।

(২)

খুনুং ঈশৈ হায়বা শৈহেক মখল অসি মীওই কাংলুপ খুদিংগী ওইনা লৈনৈ। সাহিত্যগী মচল শৈরেং হায়বসিদা চীনবুংদা লৈরীবা খুনুং ঈশৈসিং অসিগী ময়েকশিং অসিসু চনবা য়াই। মখল অসিগী ঈশৈ খরবু মীওই কাংলুপ অয়াম্বনা লাই তিনগী মথৌ-মঙম পাংথোকপদা, লাইশোন তিনশোন ওইনা শিজীন্নবসু য়াওই। ঈশৈ মখলসি থবক শুবদা মঙম শান্নবা, অরাবা পোথানবা ওইনা শক্লবসু য়াওই। অঙাং থেম্বা, শিগ্রবশিংবু নিংশিংদুনা তেংথা-মাওইবা, অকল অথৌবু শৈথাবা, থৌদোক-বাবী অমবু শৈথানদুনা শকপশু য়াওই। মসিদ নত্তনা নিপা-নুপীগী অপাম নুংশি ফোংদোক্লবদা য়াম্না থেক্না কোইনা প্রমান পাপ্তে কয়াগা লোয়ননা শৈথানদুনশু শক্লে। কনাগুম্বা মীওইশিংনা মসিবু থবক ইনখাং শু-নোম্বদা শক্লবনি হায়বগী মিৎয়েংদা *খুলং ঈশৈ* কৌগদবনি হায়না অকনবা মোৎ পীনৈ। অমরোমদা মসি খুঙ্গং নত্রগা খুনুংগী পুন্সিরোলগা শাগোন্নদুনা লৈবা সুর, তাল, ছন্দ, ময়েক্লচিংবগী অহকপা পনখৈ থমদুনা রাৎপা হেনবা য়াই য়াদে হায়বগী অথিংবা লৈতনা নীংতম্না, থম্মোয় তিংনা শক্লবা য়াবা শৈহেক মখল অমা ওইবনা *খুনুং ঈশৈ* হায়বনা। হেন্না চুনৈ হায়নবসু য়াওই। অদবু মসি ইংরাজীদদি *ফোক শোং* হায়না খংনৈ। ফোক শোংশিং অসি ফোক লোরগী মরু ওইবা মচাক অমনি।

খুনুং ঈশৈগী অথোইবা মচৎ অমনা মসিগী ময়েক অমদি শুর অসি শকপা পামজবা অমদি ঙম্বশিংনা চিন্থাং লান্না শন্দোকপশিনি। থোইদোক্লা কনানা করম্বা মতমদা কমদৌনা শেমখিবনো হায়বদু নিংশিংনদে, রেকোর্ড লৈনদে। রাসি লৈবা, পকচবা, মখোন নুংশিবা মীওইনা শক্লবদি অতাবশিংনা খোয়দানৈ। মীয়াম্না পাম্নরীবমখৈ হিংদুনা লৈ অমদি লায়নশু শন্দোকই। অশুম্না খুনুং ঈশৈগী ময়েক অমদি শৈরোলগী মপুন্সি শাংবা-তেনবা হায়বসি খুন্নাই অদুগী মীয়াম্না পাম্নবা-পাম্নরক্তবগী মখা পোনলি। কনাগুম্বনা মসিগী ময়েকশিং অসি অইবা ওইনা শেম শান্নদ্রগাশু লাল্লী চুম্মী হায়না থোইনা য়েৎনদে, খুদক্তা পুক্নিংদা ফাওরকপা রাহৈ-রাতা থেৎচিনবদা অতাবশিংনা রারৌবা তৌনদে। অদুবু মপুং ওইনা খুনুং ঈশৈশিং অসি নুংশি-নুংওলগা মরী লৈনবা, মহৌশাগী পোৎলমশিং শৈথাবা, অপাম-নুংশি ফোংদোক্লবনচিংবা ওইগল্লি। ঈশৈ মখল অসিনা চাওখৎপগী মঙাল রাৎনা তাবা খুঙ্গং, লোইজিং- লোয়াদা শাহৌ

ফনা হিংদুনা লৈগল্লি। চাওখৎখ্রবা খুন্নাইশিংদদি মসিনা হিংদুনা লৈবা য়াম্লা তাংই। মরম অসিনা ফোক সোংশিং অসি ওরেল লিতরেচরগী মরু ওইবা মচল অমা ওইনা স্কোলারশিংনা লৌনরি।

মণিপুরী চোথেশিংগীশু খুনুং ঈশৈ অসি তোঙান-তোঙানবা মফম মতমদা শক্নরম্মী অমদি শক্নবা থেংনরী। মসি হৌজিক্তি অয়াম্বা চোথে খুলশিংদবুদি শক্নদ্রে। লমলাংন্থপী চোথে খুলসিদা খর ফংলিবা অসি মঙাইরে। হৌজিক খুল অসিগী খুঞ্জাশিংনদি মখোয়গী নাৎকী ওইবা লাইথৌ অমদি হরাও কুম্মেদা খুনুং ঈশৈশিং অসি তঙাই ফদনা শক্নরি। অসিগুম্বা ঈশৈশিংগী ময়েকশিং অসি লাইরিক ওইনা নমথোক্তুনা থম্লম্বনা হয়েং তুংদা কান্নরকপা য়াই হায়না খঞ্জরুবদগী খোমজিনবা হৌখিবনি। অমরোমদা খুল অসিগী লুপলাকপা *হিয়াং থম্বালজাও চোথে* গা খংনরুবদগী চোথেগী থবক-থৌরম কয়া য়াওবা ফংবনা খুৎ থাবা হৌবদা খুদোংচাবা কয়াশু ফংখি।

শুপখং খংদবা লোন অমগী ঈশৈ ময়েক খোম্বা হায়বসি পংলাই লাইনা থোকখিদে। লুপলাকপা *থম্বালজাওনা* মমাংঙৈদা ঈশৈ হৈবীশিংদগী তারগা ইশিনহৌবা ময়েকশিং অদু হান্না লৌদুনা শিনদোকপা হৌই। মদু পুন্নমক অহলশিংগী মমাংদা পাথোক্লগা খোম্থোক অমদি ইথোক্লীবা ময়েকশিং অদুগা চান্নরব্রা হায়বদু য়েংনদুনা চনথোক চুনশিন তৌখি। মতুংদা খুল অসিগী কুম্মে কয়া য়াওরুবদা মীওই খরনা ঈশৈ ময়েক ইবা (খুৎই) বই থমমম পুথোক্নদুনা ঈশৈ শক্নবা ভৈরকখি। মদুদগী অদুগুম্বা ঈশৈ ময়েকশিং অদুশু রাইরগা শিন্দোক্লবগী উপাই থিবকপদা ইপা থম্বালজাওনা তাদ *মাইপাক* পু খংনহনখি। ইয়াম্বশিনশু ঈশৈ ময়েকশিং অসি লাইরিক ওইনা থোংদোক্লিংবগী অপাম্বা লৈরমদুনা থবক অসি মা-ঐ পুন্না হোৎনমিন্নবগী রাফম খুলগী খৌবৈদা পুখত্তুনা খন্নখি। খৌবৈগী অয়াবা ফংবদগীদি খুঞ্জা খরনশু মা-মানা ইশিনদুনা পায়শিন্নরম্বা ঈশৈ ময়েকশিং পুথোরক্তুনা ঐখোয়দা শিন্নবীখি। মদু পুম্বা অমুক শিন্দোক্তুনা খোম্থোক অমদি ময়েক চুশিন্নরব্রা হায়বদু খুলগী অহলশিংগা লুপলাকপা থম্বালজাও গীদা ময়াম পুন্দুনা কয়ারক নৈনখি। মতুংদা ঈশৈশিং অদুগী রাহম্থোক হাপশি হায়বা বাফম অমা হৌদোক্লবদা অকবা অমা ওইরকখি। মরমদি হৌজিক লৈরিবা মীওইশিংগী মরক্তা মপুং ফানা ঈশৈ পুন্নমক্কী রাহম্থোক, অর্থ চপ চানা পীবা ঙম্বা য়াওদ্রে। অদুম ওইনমক অখংবা খরদি হন্দোকখি। খর অমনা মনুংগী ওইবা ভাব নত্রগা ঈশৈশিং অদুগী চন্নফম অদুতং ওইরবশু ইশিঞ্জখি। অদুবু অর্থ পীবা ঙমদ্রবা ঈশৈশিং অদুশু লাইরিকসিদদি অদুম্মক হাপচরি।

মতৌ অশুম্না হান্না ইথোক্তুনা লৈরম্লবা ময়েকশিং অদুগী পনখৈ অমা লোইরবা মতুংদা ইথোকত্রিবা, চিন্দা পুনরীবা ঈশৈশিং লৈনরিব্রা হায়না মখা তানা হংনরুবদা খুল অসিগী খ্বাইদগী অহল ওইরবা ইপা *য়াইকল চোথে* অমদি *হোংব চোথে* অনীনা ঈশৈ খর চিনফা পুরি হায়বীরকখি। মদুশিং অদু অমুক মখোয়বু শকহল্লগা রেকোর্ড তৌদুনা ইথোকখি। মদুশু অমুক ময়ামগী মমাংদা পাথোক্তুনা চুম্বা লানবা য়েংনখি। য়াম্লা নুংঙাইখিবদি তাদ হোংবনা ইবা পাবা করিমত্তা হৈরমদবা অদুগা ইপা য়াইকননা ইবা ঙম্লবশু ময়েক উবা ঙম্লক্তবা মতাং ওইরফাওবদা পুন্না হোৎনমিন্নদুনা নিংশিংবগীমখৈ ইথোকমিন্নখিবদুনি। মদু লোইরবদা অমুক লনাই ওইনা অহলশিংদুগা তোঙান তোঙান ফম্মিন্নদুনা অচুম অরান কয়ারক হন্না চুমথোকমিন্নবদা তম্বা অমত্তশু পোক্লখিদবা অসিনচিংবনি।

মতুংদা ইয়াম্বা মাইপাক্কা লোইননা চোথেশিংগী তোমথিল তাবা খুল অমা ওইরিবা *খোঙখাং চোথে খুল* দা সেকেণ্ড প্রুফকীদমক নমথোক্লবা লাইরিক পুদুনা চৎখি। খুল অদুগী খুল্লাকপা *ক্ষেত্রিজাও খিয়াং* লোয়ননা খ্বাইদগী অহল ওইরবা *নথাই, রোনচুং মরিম* অমদি মাগী লোয়নবী *কোরাদিন মরিম* নচিংবগা উন্নরুবদদি খুল অদুদা অসিগুম্বা ঈশৈ-নোংমাই অমদি ৱারী শিংবুন খংবা অমত্তশু লৈরমদ্রে। মতৌ অশুম্না চোথেগী খুনুং ঈশৈগীদমক্তি লমলাংহুপীগী অহলশিং খরদুনা অরোইবা তুংনফম ওইরে হায়বসি খংলকখি। মসি মণিপুরগী অপুনবা চোথে লুপকী সেক্রেটরিশু ওইরিবা ইয়াম্বা মাইপাকন্দি হান্ননা হায়বিখ্রবনি। অশুম্না ঈশৈ ময়েক খোম্বা, ৱাহম্লোক ইথোকপগী থবক চাওরাক্লা লোইশিনখি। মরক অদুদা চোথেগী কুম্মৈ খরা *অচুইলিন, শংহোংলিনন*চিংবশু য়াওবা ফংখি। অশুম্না ইথোকলিবা ঈশৈশিং অদুগী চন্নফম, কনা কনানা কমদৌনা কদাইদা শরুবগে হায়বদু নাখৈ শেংনা খর মখৈদি খংবা ওমলকখি। মদুদা ফোতো নম্বদ নত্তনা ভিজুএল রেকোর্ডশু তৌনবগী তাঞ্জা ফংখিবনি।

পুমলোই লোইবা ওইনা ইং ২০০১ গী ডিসেম্বরগী তাং ২৩ দগী ২৭ কী অয়ুক ফাওবগী মনুংদা লাইরিক অসিগী চোথেলোনশিং অসি অরোইবা ওইনা লুপলাকপগী মাঙ্গোলদা খূলগী ফমম্লাইবশিং য়াওনা ফম্মিন্নদুনা অচুম অরান য়েংমিন্নখি। থবক অসি লোইরমদাইদা খিৎ তহা তহা তৌখিবা লৈ। মবমদি ফোংবীরিবা *লমলাংহুপী (চোথে) বুইমেন্স সোসাইতি*না লাইরিক ফোংনবগী অকরুবা মতম অমা পীবকখিবা অসিনি।

*অরোইবদা* থমজনিংবা বাকমদি ওসি পুথোকচরিবা লাইরিক *চোথেগী খুনুং ঈশৈ* হায়বা অসি য়াম্না কুপ্লবা থৌওন্দা, এনালাইটিকেল বিছার্চ ডিজাইন অমদা য়ুম্ফম ওইবগা পুথোক্লবা হোৎনজখিবা নত্তে। মসিদি য়াম্না চম্না ফিল্ডদা খেংনবা লৈরম্বশিং অদুখক ওম্লিবমখৈ মপোপ কাইহন্দনা থম্লবা হোৎনজবনি। অমরোমদা য়াম্না কুপথনা অমগা অমগা চাংদম্নদুনা নত্রগা ঈশৈশিং অসিগী বাহম্লোকশিংগী মকমদা উবা ফংলিবা নুং পানগী ওইবা শক্তমচিংবা কয়াবু কুপ্না নৈনবা হায়বা অদুদি অখং অহৈশিংনা মওং কয়াদা নৈনবীবকখিগনি হায়না খনজে। অদুওম্বা মতমদা খুৎপাইফম ওইনবগী পান্দমদা লাইরিক অসি শেমগৎচবনি।

তাং ৩। ১। ২০০২ ইং

(signature)

| ৱীরম | লমাই |
|---|---|

# মণিপুরী চোথে



জগোইগী ফিজেৎ-লৈতেংদা চোথেগী পাখং-লৈশা

মণিপুরী সেদ্যুল ট্রাইবশিংগী মনুংদা চোথে হায়রীবা চীংমী কাংলুপ অসিসু অমনি। ইং ১৯৯১ গী ভারত সরকারনা পিবা মীকোক থিবগী রিপোর্ট মতুং ইন্না চোথেগী অপুনবা মীশীং অসি ২,৫০৭ (লিশীং অনি চামঙা তরেৎ) নি। অমরোমদা ইং ১৯৯৮ দা লমদম অসিদা খুন্দারিবা চোথে খুলশিংগী মীহুৎশিংনা পুন্সিন্দুনা শেম্বা লুপ *দি চোথে লিম অবোম, মণিপুর* হায়বসিনা ইং ১৯৯৯-২০০০ গী ওইনা লনাই মীশিং থিজবগী মতুং ইন্নদি মখোয়গী অপুনবা মীশিং অসি ২,৫৩৩ (লিশিং অনি চামঙা কুনথ্রাহুমদোই) নি হায়রি। মসিদা নিপাগী মশীংনা লিশীং অমা চনি নিফুতরেৎ (১২৪৭) অদুগা নুপীগী মশীংনা লিশীং অমা চনি মরীফুতরুক (১,২৮৬) নি হায়রি। কাংলুপ অসিনা খুন্দাবা হৌরকখিবসি করম্বা ইতিহাসকী তাক্ককতগীনো হায়বগী চপ চাবা ৱারোলদি থেংনদ্রি। অদুম্নদি ওইরগা চাওরাক্লা খৃষ্ট মমাংদগী লমদম অসিদা লৈরক্লম্বা য়াই হায়বগী ৱারোল মৈতৈগী অরিবা লাইরিকশিংদা থেংনৈ। মখোয়না কুকি-চিন দাইলেক্ত মনুং চনবা লোন অমা ঙাংই। চোথেশিং অসি তোপ-তোপ্পা মনাৎ, লাইনিং- চৎনরোল, ফিজেৎ-লৈতেংনচিংবা লৈজবা কাংলুপ অমনি।

হৌজিক হৌজিক চোথেনা খুনলিংলীবা খুল মশিং অসি তরাতরেৎথক্কনি। খুলশিং অদুদি বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিকতা *লমলাংহুপি, লমলাংহুপি খুন্নৌ* অমদি চান্দেল ডিষ্ট্রিকতা *তম্পাকখুল, লাইনিংহু, চুম্বং, খোঙখাং, অজৌহু, ফানতু, চোথে খুন্নৌ, চন্দোলপোকপী, জিওনতলাং, সালেমথর, লিরুংতাবি, লুংহু, লুংলেহ, ওল্ড রাংপ্রাল* অমদি *ন্যু ৱাংপ্রাল* হায়রিবশিং অসিনি। অদুগা হৌজিক্তি খুন্দানদ্রবা মতম অমদদি খুন্দারম্মী হায়না লৌনবা খুল খরগী মমিংসু লৈরি। মদুদি *হুইপিথোরাংঙা, তারিক-জামপেবুং, থিংতিন-আইশানলোন, তৌজাংলোন, তুমপোকপি, কতোকপি, শিমনুদুং, ৱাইনুদুং, লুংলেহ ৱাইশু, তুইশারুম, নচাংজোই, সাইখুপাই, লুংশুকবুং (চোতে মুনপি), কুমপিবুং, তৌতাইলোন, কামেনচিং, ওইনাংলোন, কমপিলোন, চামকুংহু, ফাইলোনজোই, লমঙেনতে, লমলাংলোন, জাংপালকুং, থমপুইলাই,*

*লুংলিপ লেসন, ফারবুং, মারকাং, পুনকাং, শারৌথিল, শাইশাকুং, লাংমৈচিং, পল্লেন, হমপোংকৈ, অহুসমপুন, ফানমুই, খুংজোল, চৈপি, ফাইহু, জৌবুরিং, জোলট্রম, কাইহং, জৌহরিং, তুইট্রিৎ, মুলুংহু, ৱাইপু ইনলোন, লুংহু, বেলহরিং, লাওহেব* অমদি *লুংশু* হায়রিবশিং অসিনি। খুনশিং অসি অয়াম্বনা হৌজিক কদাইদা অমদি করম্বা ডিষ্ট্রিক্তকী মনুংদা লৈরম্বনো হায়বদুদি চপ চানা নিংশিংনদ্রে।

**খুম্হোক ৱারী ঃ**

চোথেশিংগীসু খুম্হোরকখিবগী অমদি খুন্দা লৈতাবা হৌরকখিবগী থাজৱারী লৈরি। মখোয় অসি শুরুং নত্রগা লৈখুন্দগী থোক্লকখিবনি। মখোয়না থোক্লকখিবা শুরুং অদুগী মমিংনা *অহুইপিথোরাঙা* কৌই। *অহুইপিথোরাঙা* হায়বদি অথোইবা লাইরেন হায়বনি। মখোয় লাইরেন অদুগী চাদা নাউদানি হায়না থাজনরি। মখোয়না শুরুং মনুংদা চহি লিশিং কয়া পাল্লম্লবা মতুংদা মীশিং য়ামখৎলকপদগী হেন্না পাক-চাওবা খুন্দা-লৈতাবা য়াবা মফম থিরুনবগীদমক শুরুং নত্রগা লৈখুন অদুদগী থোরকখিবনি হায়নৈ। মতম অদুদা শুরুং অদুগী মচিন্দা কৈজাও অমনা মদুদগী থোক্লকপা মীমখৈবু হেক হেক চাথোক্লম্মী। থৌদৌ অদু য়োং অমনা উহৌবদগী *লুইপীরেংপা*(লাইরেন নিংথৌ) দা পাওদম্লম্মী। লোয়নন্না শুরুং মচীন অদু অচৌবা নুংজাও অমনা মেনশিনদুনা থমখিবদগী মখা তানা মীশি-মীনা থোকখিদরে।

মখোয়না *লুইপীথোরাঙা* দা খুম্হোরুবা থৌনিজবদগী চানবিরদুনা *অথাওপা / মকম্নপা* কৌবা অমবু *লাইয়েংফি* কৌবা ফি ইলহনলগা লাইথাং অমা পায়হন্দুনা মাবু মাঙ থাহনলগা ময়ামবু মতুং ইন্দুনা খুম্হোরুবা পাওতাক পীবিরে। য়োং অমনা শুরুংগী থোং, নুংজাও অদু হাংদোকহন্দুনা খুম্হোরকখি। মতম অদুদা কৈজাও অদু থেংনরম্মী। *অথাওপা* না কৈ অদুদা মাগী ফি অদুগী ময়েক্কা কৈ অদুগী ময়েক্কা মান্নরবনিনা মখোয় অনি ইতাও শান্নরশি হায়রম্মী। অসুম্না মান্নবদগী মাগী ফুংইনবশিংনবু কৈনশু শোক্তবা অদুগা চোথেশিংনশু কৈবু শোক্তবা হায়না ৱাশক্লদুনা খুম্হোরকখি। অসুম্না মখোয়না ইহান হান্না লৈখুন্দগী থোরকখিবা মফম অদুবু *হুইপিথোরাঙা* কৌই হায়রি।

*হুইপিথোরাঙা* দগী মথং মথং খুনফম কয়া হোং হোংদুনা খুন্দারকখিবনা মখোয়না *তারিখ-জামপেবুং, থিংতৈন আইশনলোন, তৌজাংলোন, তুমপোকপি, সিমনুদুং, ৱাইনুদুং, লুংলেহ-বাইশু, তুইশুরুম, নচোংজোই, সাইখুফাই, লুংশুকরুং*(চোতে মুনপি), *চাইনাপুং, কুমপিবুং, লমলাংলোন*(লমমাংদোং খুমন), অমদি *লমলাংহুপি* অসিনচিংবা মফমশিং অসিদা খুন্দাখি। চোথেশিংনা লুকশুকবুংদা খুন্দারিঙৈ মতমদা কাংবু অমনা *পুরোমখোং* দা চৎখিদুনা খুন্দাখি হায়নৈ। মখোয়না তম্পাক্কী *জাংপানকুং* হায়বা মফম অমদসু খুন্দারম্মী হায়রি। মফম অদু হৌজিক ইম্ফালগী ট্রেজরি ওফিস লৈরিবা মফম অসি ওইগনি হায়নসু থাজনৈ। মফম অদুগী য়ুমশিংবু মখোয়না *ইনফাই* হায়না খংনবম্মী হায়। মখোয়না ইন হায়বদি য়ুম অদুগা ফাই হায়বনা তম্পাক পু খংনৈ। অদুনা চোথে কাংবু অসিনা মচোই-মচোই ওইনা কায়নখিবসিনা *চাইনপুং*(লোক্তাক প্রোজেক্ত কী খা থংবা লাইমনাই কবুইখুনগী নোংপোক্তা লৈরিবা মফম) হাযবা মফম অসিদগীনি হায়নৈ। মসিদগী শুগুনু লম্বী, ৱাইখোং অমদি থৌনাওজমগী নোংপোক্তা অমদি চান্দেল লম্বীরোমদা পুন্না খুল তরামরি খুন্দারিবা অসিনি হায়না থাজনৈ।



খোঙখাংদা থম্লীবা মহারাণীনা পীরম্বা নাগী লৈতেং জুরা অনী

লমলাংহুপীদা থম্লীবা নিংথৌনা পীরম্বা নাগী লৈতেং জুরা অনী

লমাংদোংগী চোথে খুমনদা পাল্লিঙৈ মতমদা মৈতৈ লৈমগী য়াথং মতুং ইন্না চোথে খুৎপু অমা ইস্ফালদা কৌখৎতুনা মোইরাংখোমদা খুন্দাহল্লম্মী। মখোয়দুগী খুনবু-খুল্লাক অদুগী মমিং *পুনম* কৌই। মফম অদুদা লৈবা হৈনরক্তবদগী মখোয়না লোন্না চেন্দুনা নোংমাইজীং চীংদা মতম খর পনলপ্লগা মথং মথং চৎখিদুনা চান্দেল ডিষ্ট্রিককী মনুং চনবা ইন্দো ম্যানমার রোডকী মতাইদা লৈবা খোঙখাং হায়না খংনবা খুল অসিদা কাইনথংদা পাল্লকখিবনি। মফম অসি য়ৌরকত্রিঙৈদা মখোয়না চান্দেল ডিষ্ট্রিককী *ফাইবুং, তেংনৌপল* অমদি *মনকাং* নচিংবা মফমশিংদা খুন্দারম্মী। হায়না খুঞ্জাশিংনা হায়জে। খোঙখাংদা ইহান হান্না খুল্লাকপা ওইখিবদুগী মমিংনা *মরিমপু* কৌই।

খোঙখাংদা চোথেশিংনা অশুম্নসু ৰারীনরি। মদুদি মোইরাংখোমদগী চোথেশিংনা লোন্না চৎখিবদু মৈতৈ মহারাণীনা নুংঙাইত্রদুনা মখোয়গী খোঙ্গুল লীরকখি। হৌজিক খোঙখাং হায়না খংনরিবা মফম অসি *মাহুলোন* হায়না খংনরম্মী। মাহুলোন হায়র্বদি *মৌবী* বা য়াম্না হৌবা মফম হায়বনি। চেনখ্রিবা চোথেশিংনা মাহুলোনদা লৈরে তারবদা মহারাণীনা মখোয়গী খুল অদুদা লাকখি। মহারাণীনা খুল অদুগী লম্বীদা কাখৎলকপা নুংডাইনবা হায়দুনা চোথেশিংনা চীংমাইদা থাক থাক শেমজরম্মী। মদু মহারাণীনা শগোল তোংদুনা কাখৎলকপা মতমদা খোঙকাপ অমমম চপ-চপ চাই হায়দুনা মহাক্না *খোঙকাপ যৈবি* হায়না থোনবীরমখি। লোয়ননা খুল অদুদা মহাক্না খুদোলপোৎ ওইনা মাগী মনাদা য়ানলকপা লৈ জুরা অমা পীরম্মী। হৌজিক ফাওবা উশোয় মপাল মওং মানবা লৈ জুরা অদু খুল অসিগী খুল্লকপনা য়াম্না চোকশিন্না লশিংনা য়োম্লগা লুবাক মরোল অনিগী মনুংদা হাপ্লী। মদু কেপ (উর্গী উপু মচা) অমগী মনুংদা হাপ্পুনা থম্লি। অশুম্না খুল অসি *খোঙখাং* হায়না খংনরকখি।

চোথেশিংনা থাজনবগী মতুং ইন্না বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিককী লম্মাংদোং অমসুং চান্দেল ডিষ্ট্রিককী খোঙখাং খুল অনি অসিদি চোথেশিংগী মরু ওইবা খুলনি হায়না লৌনরি। হৌজিক লম্মাংদোং খুমনদগী হোংদোরক্তুনা লমলাংহুপীদা লৈরিবা চোথেশিংগী খুনবু-খুল্লাকপগীদা মৈতৈ নিংথৌনা খুদোল তৌরম্বনি হায়বা নিংথৌনা নাদা য়ান্নরম্বা সনা (লৈ) জুরা অমা লোয়ননা তোপনচিংবা খুৎশু খুৎলাই কয়া অমসু য়াম্না চোকশিন্না থম্লি। খুমন হায়না খংনরিবা খুনফম অসিদা লাইনিংথৌ পাখংবগী লৈখুল/শুরুং ফাওবা মফমনি হায়বা অমদা লাইশংনচিংবা শাদুনা



চোথেগী নাৎকী য়ুমজাও *ইনলোকপা*





চোথেগী য়ুমজাও মাঙ্গোলদা উরিনতা বুংকুংগী ফম্ফম (ওই), হুবুকুংগী ফম্ফম (য়েৎ)

উরিনতা বুংকুংগী ফম্ফম (ওই) ১ । খুল্লাক, ২। লুপলাক. ৩। য়ুপানবা, ৪। হজারি উলিন, ৫। হজারি নাউপোং, ৬। কৈরুং উলিন , ৭। কৈরুং নাউপোং, ৮। লোই ময়াম, ৯। তুইদোমপা, ১০-১১। মাঙ্গোলদা খা-ৱাংগী য়ুম্বী ঃ হুবুংকুংগী ফম্ফম (য়েৎ)১ । খুল্লাক, ২। লুপলাক, ৩। পাখংলা (তাংঙরিনতা), ৪। য়ুপাই (উরিনতা), ৫। য়ুপাই (তাংঙরিনতা), ৬। কৈরুং উলিন (উরিনতা), ৭। কৈরুং নাউপোং (উরিনতা), ৮। লোমজুই উলিন (উরিনতা), ৯।লোমজুই নাউপোং (উরিনতা), ১০। হজারি উলিন (উরিনতা), ১১। হজারি নাইপোং (উরিনতা), ১২। কৈরুং উলিন(উরিনতা), ১৩। য়ুজোং উলিন (উরিনতা), ১৪। তুইদোমপা (উরিনতা), ১৫। ৱাকৎপা লাকপশিং অমদি লোই অতৈ, ১৬-১৭। মাঙ্গোলদা খা-ৱাংগী য়ুম্বী।

শেবা চৎনরি। লমলাংহুপীদা লৈরিবা বেঙ্গলী ময়েক্তা অরিবা মৈতৈলোননা ৱারোল হক্কম্বা *আইরন প্লেট* অসিগী য়েংলুরবদি লমলাংহুপী অমসুং খোংখাঙদা থন্নীবা মৈতৈ নিংথৌ অমদি মহারাণীনা পীরম্বনি হায়রিবা পোৎলমশিং অসি রাজ্যশ্রী ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমগী ওইরম্বা য়াই হায়না থাজবা লৈ। মদুদা *কাঞ্চিপুরেশ্বর* হায়বা মিং অসি য়াওরি। মিংথোল অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা কাঞ্চিপুরদা কোনুং শেমদুনা পাল্লবা মতুংদা ফংখিবা মিংথোলনি।

**শাগৈঃ**

চোথে হায়বা জাটি অসি মালেমসিগী অথোইবা লাই *লুইপীরেংপা* হায়বদুনা শেম্বীখিবা *কচোকতে* অমদি *থানিদম* হায়বা মীওইপোক জুরা অদুগী ধারা-নালানি। চোথে হায়রিবা মিং অসিসু কচোকতে হায়বদুগী থৈথরকখিবনি হায়রি। মখোয়গী থাজৱারীগী মতুং ইন্না কচোকতে অমদি থানিদমনা মচানিপা তরেৎ অমদি নুপী অনি পোক্লম্মী। নিপা তরেৎ অদুদি - *আইহুংপা/খিয়াং, য়ুরুংপা, মকনপা, মরিমপা, অথাওপা, পারপা* অমদি *রাংশাইপা* হায়বসিনি। নুপী অনিদুনা *শিঙিনলু শিঙিনথুম* অমদি *শিঙিনলু শিজিনচোং* কৌই।

নিপা তরেৎ অদুগী শিনফমশু তোংঙানলম্মী। মদুদি আইহুংগীনা মরু-মরাং পৈশিন্নবা হোৎনবা, য়ুরুংপা না ৱায়েন-থৌদা, মকনপানা য়োৎ শুবা, মরিমনা ইরাৎ-থৌনি অমশুং মাইবগী মশিন, অথাওপা অমদি পারপানা শা-লানগী থৌ অদুগা রাংশাইনা যাদু-মন্ত্রগী মহৈ তম্বা অসিনি। নিংঙোল অনি অদুগী মনুংদা শিঙিন শিঙিনথুমনা য়ু শুংবগী থবক অদুগা শিঙিন শিজিনরোংনা ফিশা-লোনশাগী মথৌ পীরম্মী। কাইনথংদা নিপা তরেৎ অদুনা শাগৈ অমমমগী পুকোক ওইখি।

**য়ুমশা-কৈশাঃ**

চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না চোথেশিংনা অঙৈং-অশা অমদি নোংজু-নুংশাদগী শাফগদবা মওংদা য়ুম শাদুনা লৈনরকখি। মখোয়শু য়ুমফম থোনগত্তুনা উ-ৱানা শারগা চরু-ইনচিংবনা মথক কুপতুনা য়ুম শাবা চৎনৈ। মখোয়না অচৌবা য়ুমজাওবু *ইনলোপা* হায়না খংনৈ। মসিদি মরন-মথুম লৈবা খুৎকন-পাঙ্গনবশিংতনা শাবা ঙম্বা য়ুমনি। অতৈ মীচমশিংনা শাদুনা লৈনবা য়ুমবুনা *ইনতে* হায়না খংনৈ।

*ইনলোকপা* নত্রগা *ইনতে* অমগী মনুংদা লৈফম থোকপা কাখল অমদি লাইগী খুভম অদুম্মক কন্দুনা থমনৈ। মখোয়না য়ুমলাইবু *ঈকি-লৈহু* (সনামহি) হায়না খংনৈ। মসিগা লোয়ননা ইমুং অমদা নুপীগী কা, অহলশিংগী কা, মৈ হৌফম, চাক থোংফম অসিনচিংবা কয়ামরুম খায়দোক্তুনা লৈরি।

**ৱায়েল থৌদা ঃ**

চোথেগী খুল অমদা ৱায়েল থৌদাগীদমক লোয়শঙ অহুম অহুম লিংনৈ। লোয়শঙবু মখোয়না *বুংকুং* হায়না খঙনৈ। লোয়শঙ অহুম অদুদি মথংশিংনা *উরিনতা বুংকুং, তাংঙরিনতা বুংকুং* অমদি *নুঙাক-নুথৈ বুংকুং* হায়রিবশিং অসিনি। লোয়শঙশিংগী শঙলেনদি লোয়শঙ মকোক অদুগী য়ুমগী মাঙ্গোল অসিনি। মসিদা ফম্নাইবসিংগী ফম্ফম অকরন্না লৈরি। তৌবতবু উরিনতা বুংকুং অমসুং হুবুকুং হায়বসিগীদি খুল্লাকপা (হুল্লাক) গীদা অদুম ওইনৈ। হায়রিবা লোয়শঙশিং অসিগী মথৌশু তোংঙান-তোংঙানলি। লোয়শঙশিংগী শঙলেনদি লোয়শঙ মকোক অদুগী



য়েৎতগী (মথক) শুম, শিকি.দাই ঃ (মখা) হুং, রসম, থিবোং

য়ুমগী মাঙ্গোল অসিনি। মসিদা ফম্নাইবসিংগী ফম্ফম অকক্লনা লৈরি। খ্বাইদগী অথোইবনা *উরিনতা বুংকুং* হায়রিবা অসিনি। মসিগী ফম্নাইবশিংদি শাগেগী পিবা অহনশিংনা ওইগদবনি। খুলগী বায়েল-থৌদানচিংবগী থৌ পুম্নমক লোয়শঙ অসিনা পুই। করিগুম্বা শাফম-লানফমনচিংবা অরুবা বাফমগীদমক বারেপ্পবা তারবদি *হুবুকুং* হায়বা ফমলুপ অমনা বারেপ লৌই। মসিদদি উরিনতাগী ফম্নাইবশিংদুগী মথক্তা অতোপ্পা লোয়শঙ অমি অদুগী মকোক মথং ওইবা ফম্নাইবশিংসু য়াওই।

উরিনতা বুংকুংদা লৈফম থোকপা ফমশিংদি মথংশিংনা হুল্লাকপা, লুপলাকপা, য়ুপাইপা, কৈরুংপা, হচারী, কৈরুংনাউপোং, হচারীনাওপোং অমদি লোই হায়রিবশিং অসিনি। তাংঙরিনতা বুংকুংগীসু ফম তরেৎ সে। মদুদি মথাশিংনা পাখংলাক, লাই যুপাই, য়ুজোং উলিন, য়ুজোং অজাই, য়ুজোং নাউপোং, লোমজৈ উলিন অমদি লোমজৈ নাওপোং হায়রিবশিং অসিনি। লোয়শঙ অসিগী মথৌনা লাইগী হায়বদি চোখে' ঙাঁইরমশিং পাংথোকপনি। অহুমশুবা লোয়শঙ নুঙাক লুথৈ বুংকুং হায়রীবা অসিগী ফম্নাইবা মকোকপু তাংসা/পানাতং কৌই। তাংসা অহুম লৈ। মখোয়গী মখাদা হনচা অহুম অমসুং হিথং অহুম অমদি লোই লৈরি। লোয়শঙ অসিদি লৈশা পাখংশিংগী লোয়শংনি। লোয়শঙ অহুম্মক্তা লোই গী অকক্লবা মশিং লৈতে। নুঙাক নুথৈগী মথৌদি খুলগী কুমৈ-হরাও থোক্লকপা মতমদা জগোই ঈশৈদ নত্তনা খুলগী থবক ইনখাং শু-নোম্বা মতমদা অচৌবা থৌদাং লৌবনা ওই। শা-লানগী মতমদনা পাখংশিংনা মপুং ওইবা থৌদাং লৌই।

**লাইথৌ-তিনথৌঃ**

চোখেশিং অসি মহৌশাগী ওইবা পোৎলমশিং অমদি লৈখিদ্রবা অহল-লমনশিংবু লাই ওইনা নিংনবা অমসুং খাজনবা কাংবুনি। মখোয়না শেম্বীবা মপুনি হায়না খ্বাইদগী হেন্না চেৎনা-লুনা নিংজবদি *অহুইপি রেংপা* হায়বসিনি। খুলগী ওইবা লাইনা *পু লুংচুমপা* হাবনা খংনৈ। মহাক অসি ইবুধৌ চোথে থাংরাই পাখংববুনি হায়রি। মখোয়না শাগে-সাগেগী ওইনা অপোকপা খুরুম্বগী চৎনবী লৈজে। চোথেশিংগী থাজবারীদা মখোয়না লম্মাংদোং খুমনদা পাল্লিডে মতমদা নোংদা লাইরেন পাখংবা (সোরারেন নিসু হায়নৈ) হায়বসিনা চোথে নিংঙোল খমলাংতাওবীদা মচা ধারা অমা থম্লম্মী। মহাক অদুগী মমিংনা চোথে থাংবাই পাখংবা হায়না কৌই। মহাক্না অমুক চোথে নিংঙোল ঙানুরেম্বীগা পান্নদুনা চাদা নাওদা শদোক তুনা পাল্লম্মী হায়বসিনি। মহাক্না পাল্লম্বা মফম অদু হৌজিক্কী চোথে খুমন (লম্মাংদোং) হায়রীবা মফম অসিনি হায়না লৌনরি। চোথেশিংনা সোরারেন (*চুংপাথিন*) বুসু নিংনৈ।

চহি অমগী মনুংদা চোথেশিংনা পাংথোক্লবা ইরাৎ-থৌনি খরা লৈরি। অসিগুম্বা ইরাৎ-থৌনিশিং অসি মখল অনি থোক্লা খায়দোকপা য়াই। মদুদি খুলগী ওইবা অমদি লনাই ইমুংগী ওইনা পাণ্ডথোকপা থৌরম হায়রিবশিং অসিনি। খুলগী ওইবা ইরাৎ থৌনিশিংগী মনুংদা পম্বোং ইরাৎপা ( খা-অৱাং অমদি নোংপোক নোংচুপ কী পম্বোং ইরাৎপা) শিংথাবা য়াই। লনাই নত্রগা শাগৈগী ওইনা পাংথোক্লবশিংনা *তুইহুমপা*(অচেনবা ঈশিংদা চুপ শাবগী থৌরম পাংথোকপা) অমদি *থোইপীথোই*(অপোকপা খুরুম্বা) হায়রিবশিং অসি শিংথাবা য়াবা ঙাক্তনি। হৌজিক্তি চোথেগী খুল অয়াম্বা খৃষ্টান লাইনিং লৌখিবগা লোইননা মমাংঙৈ চৎনরম্বা লাইনিং-লাইশোনগা মরি লৈনবা থৌরম অয়াম্বা থাদোক্লখ্রে। অদুম ওইনমক অত্তোপ্পা লাইনিং লৌদ্রিবা মীওইশিংনদি ইপা-ইপুশিংগী চৎনবীশিং অদু কায়দনা ঙাক্লুনা চৎনরী।

**হরাও-কুম্মৈঃ**

চোথেশিংনা থাগী খোংচৎ মতুং ইন্না চহি পাই। মখোয়গীশু শজিবুনা চহিগী অহৌবা থা ওই। চহি অমগী মনুংদা মখোয়না তোংঙান-তোংঙানবা হরাও কুম্মৈ কয়া পাংথোকই। অসিগুম্বা হরাও-কুম্মৈশিং অসিসু মখল অনি থোক্লা অমুক খায়দোকপা য়াই। মদুদি খুলগী ওইবা কুম্মৈ অমসুং লনাই মীওইশিংনা থৌবু ওইদুনা পাংথোকপা কুম্মৈ হায়রিবশিং অসিনি।

খুলগী ওইবা কুম্মৈশিংগী মনুংদা খরদং পনবা য়াবদি *উরিনথিন লিন*(এপ্রিল-মে) চহি হৌবগী কুম্মৈ, *ইনমপৈ লিন* ( ফেব্রুৱারি-মার্চ্চ) মহৈ-মরোং লোকপা লোইবগা মরি লৈননা পাংথোকপা কুম্মৈ। মসিবু লাইশা ওনবা হায়নসু খংনৈ। *অচুই লিন/তুইতুকলিন* ( আগষ্ট-সেপ্টেম্বর) পাখংবদা তন কৎপগী কুম্মৈ, *শঙহোংলিন* (ওক্তোবর-নবেম্বর)ফৌগৌবগী কুম্মৈ, *য়াইরিথা লিন* শিথ্রবশিং নিংশিংবগী কুম্মৈ অসিনচিংবনি। লনাই মীওইশিংনা থৌবু ওইরগা পাংথোক্লবা কুম্মৈ খরগী মমিং পনবা তারবদি *তাইতোন-লোহ*(নিপাগী য়ুহোংবা), *নাজুই লোহ* (নুপীগী য়ু হোংবা), *সিরোহ*(অহোংয়ুম শাবা), *হংদোই*(নিংশিং খুভম শেম-শাবা) অসিনচিংবনি।

হরাও কুম্মৈসিং অসি পাংথোকপা মতমদা জগোই অমদি ঈশৈ হায়বসি চংদ্রবা য়াদ্রবা মরু ওইবা মচল অমনি। মসি চোথেশিংগী মমল নাইদ্রবা মনাৎকী লনগৈনি হায়বা য়াই। খেন্নবা থৌরমশিংগী মতুং ইন্না জগোই অমসুং ঈশৈশিংসু তোংঙান তোংঙান্না লৈরি। মশক নাইবা জগোই খরগী মমিং পনবা তারবদি *চামতুম-লাম* ইনমপৈ কুম্মৈদা শাগদবা, *হংচোং-লাম* বাম্বুই কুম্মৈদা শাগদবা, *নাজুই-লাম* নাইজু কুম্মৈদা শাগদবা, *সিরো-লাম* সিরো কুম্মৈদা শাগদবা, *ফোহ লাম* লান ঙম্বা মতমদা শাগদবা অসিনচিংবনি। জগোইশিং অসি শাবা মতমদা ঈশৈ শকপগা লোয়ননা পুং-সেন নচিংবা যন্ত্র খরসু শিজীন্নৈ। অদুগুম্বা যন্ত্রশিং অদুদি হং পুং, *সুম* সেনবুং, *দরকং* সেন, *রোসেম* কাম্লগা খোংনবা যন্ত্র , *বাসি, সিকিই*রোই নত্রগা শন্দং মচী, *চমতুম* থাঙশাং অসিনচিংবনি।

**ফিজেৎ লৈতেংঃ**

ঙনলিঙৈ মতমদদি চোথেশিংনা নিপাশু নুপীশু মশম শাংনো খাকলগা পুনখৎপা চৎনরম্মী। হৌজিক্তি নিপাশিংদি শম তেন্না করুরে। নুপীশিংদি অয়াম্বনা শম শাংনা খাকপা অমদি মীরক তিনলকপা মতমদা শম পুনশিন্নবগী চৎনবী লৈ। ইনখৎলকপী নুপীমচাশিংনা হৌজিক্কানদি শম তেন্না করুবা অদুম্মক চৎনরে। নুপীশিংনা লৈতেং ওইনা শিজীন্নবা পোৎলমশিংদি লীক, পাম্বোম ফাবী, খুজি অসিনচিংবনি। কোকশেৎতি নিপাশু নুপীশু অদুম শেৎনৈ।

নুপীগী কোকশেৎপুনা *লৈকুই* অদুগা নিপাগী না *আইকাং* হায়না খংনৈ। জগোই শাবা মতমদদি নুপীশিংনা লুহুপ অমা উপনৈ। মদুবু *লৈকুই* হায়না খংনৈ। নুপীনা শেৎ-ইন্নবা ফি খরগী মমিং পনবা তারবদি *ঈকুক, পুনবিল, খেনট্রা, শিপার-শিবির, শনদোলিক, সন্দোরোল, ভৌজাম, পুনজুম* অমদি *তোনকাপ-নিক* হায়রিবশিং অসিনি। নিপাশিংগীনা *আমপী, থাইকুইআম, থলাং থুমপুন, রেঙআম, লাঙৌ আম, রাঙাম বুশুম, দোংখো, চৌতনাম, অরাংতাংথুম* অমদি *কবে* অসিনচিংবনি।

### পোকপা, য়ুম-পানবা অমদি শিবগী থৌরম ঃ

চোথেশিংনা মীওইপোক অমা ওইবগী নাম্থোকফদ্রবা থৌদোক-থৌরমশিংনি হায়না লৌনবশিংগী মনুংদা পোকপা, য়ুম-পানবা অমদি শিবা মতমদা পাংথোক্লবা থৌরমশিং অসিনি। মসি য়াম্না চেকশিন্না লৌনৈ। অঙাং অমা পোক্লবা মতুংদা নুমিৎ হুম্নি হেক শুবগা মমিং থোনবগী থৌরম পাঙথোকই। অসুন্না চহি ১৩/১৪ শুরক্লবা মতুংদা নুপীনা লৈশাবী ফাবকপগী অদুগী নিপানা পাখং ফারকপগী থৌরম অমা পাংথোকনৈ। নুপীগীনা অচুইলিন কুম্মে মনুংদা অদুগা নিপাগীনা ইনমপৈ কুম্মে মনুংদা থৌরমশিং অসি পাংথোক্লে। মদুবু লৈশা-পাখং ফাল্লুপ তিনবা হায়না খংনৈ।

মচানুপা অমনা ময়ুম-মকৈ পানবা য়ারক্লবা মতমদা অহল-লমনশিংনা মৌ হায়ন-শিংনবা চৎনৈ। কবিগুম্বদা মশা মশানা য়াংদুনা চেন চোংবসু থোক্তবদি নত্তে। মদুম্না তৌরবদি লুহোংবগী থৌরম পাংথোক্লদ্রে। চেল্লবসু লৌনা লৌনবা যাদবা ওইববদি ফাদৌক্লে। অদুগা অহল লমননা মৌ হায়বা তারবদি ইনমপৈ কুম্মে মনুংদা হায়নৈ। চোথেশিংনা লৌনবা য়াবা-য়াদবা হায়বসি য়াম্না লুনা লৌনবা বাফম অমনি। মখোয়না লৌনবা য়াই হায়বা শাগেশিং মখাদা পীভ্রবি

মরিম শাগেনা খিয়াং, থাও, রাংশাই ; মকন শাগেনা খিয়াং, মরিম ; পারপা শাগেনা মরিম, খিয়াং, য়ুলুং , খিয়াং শাগেনা মকন, থাও, য়ুলুং ; থাও শাগেনা মকন পারপা : রাংশাই শাগেনা মকন, পারপা, য়ুলুং হায়রিবশিং অসি লৌনবা য়াই।

শাগে অমদগী থোকখিবা, পু তিন্নবা শাগে-শলাই খরসু লৈ। মখোয়না মখোয়গা পু তিন্নবা শাগেগী নিংঙোল লৌবা য়াদে। মদুদি *লুকুং-খিয়াং* না *খিয়াং; তাংকিম-য়ুলুং* না *য়ুলুং; রিমকুং* অমদি *রিমফুনচোং* না *বিমকেলেক, পীশিংনা মরিম অমসুং কনকুং: মকনতে, থাওকুং; থাওরুন-থাওচুং চুংথাও, তেয়ুনা রাংশাই* হায়রিবশিং অসিগী নিংঙোলশিং লৌবা য়াম্নদে। লৌনবা য়াবা মশেল হায়ন-শিংনদুনা য়ানরবদি নিপা অদু নুপী ময়ুমদা চহি অহুম য়াওং ইন্দুনা লৈগদবনি। মতুংদা লুহোংবগী থৌরম পাঙথোক্তুনা নিপা নুপী অনিদু পুন্না নিপা ময়ুমদা লাকতুনা লৈমিন্নবা হৌই। নিপানা চহি অহুম য়াওং ইল্লবদি নুপীগী মংকৎ পীনদে। য়াওং ইন্দ্রবদি পীনৈ।

মমাংঙৈদদি নুপীগী অউনপোৎ অসি অসিগীমখৈ ওইগদবনি হায়বা অরেপ্পা লৈরমদে। য়ানবগী মখা পোনলশ্মী। হৌজিক্তি অপুনবা চোথেগী লুপ *দি চোথে লিম অবোম, মণিপুর* হায়বসিনা ইং ১৯৯৮ গী ওক্তোবর ১২ দগী ১৭ তা পাংথোকখিবা মীফম অমনা লৌখিবা বারেপকী মতুং ইন্না নিংঙোল অমা থাজ-য়োনজবা মতমদা

পীগদবা অউনপোৎকী পোৎলমশিং অসি মখাগীশিং অসি ওইরসি হায়না লেপ্লখি। মদুদি বুহ অমা, তুইদোন অমা, ব়ানশাং অমা, পুনবিল অমা, অরৈ অমা, চাম অমা, লান অমা, নামরুই অমা, ফার অমা, ফিরুক অমা, ইনপোক শেল (লুপা ৩,০০০/-), জোৎসপি অমা, লাজুই লাপোৎ অমা অমসুং অতু কাইলৈ অমা হায়রিবশিং অসিনি। ঙমজবনা য়াম্না পীবদা অথিংবদি থমদে। লুহোংবসু খৃষ্টানগী হোলি মেরিএজ মওংদা ঙম্না হোংনরে।

মী অমা শিরবদি হৌনবি থৌরম কয়া পাংথোক্লবা মতুংদা লৈবাক তৌদুনা ফুমনৈ। চোথেশিংগীদি মংফম অসি খুলগী ব়াংমদা থন্নে। মদুসু শাগৈ-শাগৈগী ওইনা তোঙান্না শেমনৈ। শিবগী মথৌ মঙম পাঙথোকপদসু শিরীবদুগী মওং মতুং ইননা মওং অহুম থোক্লা পাংথোকই। মদুদি মনুং মতম চাদনা শিবশিংগী থৌওং ( পোক্লবা মতুং নিপানা নুমিৎ ১০নি অদুগা নুপীনা নুমিৎ ৯ নি শুদ্রিঙৈদা শিবা), শা-লান্দা শিবশিংগী থৌওং অমসুং মনুং মতম চানা নত্রগা নাদুনা য়ুমদা শিবশিংগী থৌওং হায়রিবশিং অসিনি।

মনুং মতম চাদনা শিবশিংদি খুলগী ব়াংমদা তোংঙানবা মফম অমদা ফুমনৈ। মফম অদুবু মখোয়না *শুত্রাইতে* হায়না খংনৈ। শিরিবদুগী শাগৈগী মংফমদা তিলহনদে। শা-লান্দা শিরকপশিংবুদি শাগৈগী মংদা তিলহল্লি। তৌবতবু অশিবা মশা অদু ইমুংদদি পুশিন্নদ্রে। অসুম্না মীশি চাদনা শিখিবশিং অসিগীদমক্তি শাগৈ অদুনা চুক শাবগী থৌরম অমা হেক হেক পাংথোক্নে। মতম চানা নত্রগা য়ুমদা নাদুনা শিবশিংদি নুংথিল নত্রগা নুমিদাং শিবা ওইরগনা ইমুংদা অহিং অমা থম্লগা হৌনবী থৌরম পাংথোক্লগা মথংগী নুমিৎতা পোৎলোইবগী থৌরম পাঙথোকই। অয়ুক্তা শিবা ওইরগদি নুমিৎ অদুদা অদুম লোইশিনবসু তৌনৈ। রাফম অমনা কনাগুম্বা শাইদাংদুনা লৈববা নত্রগা খুনলাল্লকপশিংনা খুল অদুদা শিরবদি খুঞ্জাশিংনা খুলগী ব়াংমদা ফুমনৈ। তৌবতবু মংফমদি তোংঙানলি। করিগুম্বা শিরিবদুগী ইমুংগী মীওইশিংনা পুজখিগে হায়রগদি খুনগী থৌবৈদা য়েনবা অঙাংবা অমা পীরমগদবনি। মসিবু *ইনথিৎলো* হায়না খংনৈ।

**হোংলক্লীবা শক্তম খরা ঃ**

মণিপুরগী বিষ্ণুপুর অমদি চান্দেল দিষ্ট্রিক তা তোংঙান তোংঙান্না খুন্দারিবা চোথেশিং অসি ইং ১৯৩৮-৪১ ফাওবগী মনুংদা পুন্না শকখং মাইথংননবা পারি পুরিগী মরি থিগৎনবগী থৌরাং অমা চোথে অহল খরনা ফুকপ অসিগী ওইনা লৌখৎখি। মদুদা মাইপুনখিবা মীওইশিংদি লমলাংহুপীদগী য়াইকন, হকুংদাম, শঙকাইজাও, চাওয়াইমা, বুংহোং, তোলৈ অমসুং লিনহোই; তম্পাকখুলদগী থবিজাও, অরেকপা অমসুং কানকুং; খোঙখাংদগী মানজৌ অমসুং রিমথৌ; চুম্পংদগী থমবৌ; লাইনিংহুদগী অবুংবাও হায়রিবশিং অসিনি। মখা তারকপা ওইনা মখোয়না ইং ১৯৪৬ কী সেপ্তেম্বর ১৫ দা *চোথে জেনেরেল য়ুনিয়ন* হায়বা অমা বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিককী লমলাংহুপীদা শেমখি। মদুগী প্রসিদেন্টনা এম.নোরেন চোথেনা ওইখি। ভাইস প্রসিদেন্টনা কেঐইচ. মানজৌ চোথে অমসুং জেনেরেল সেক্রেটারিনা খিয়াং থম্বালজাও চোথে না ওইখি।

ইং ১৯৮৭ দা হায়রিবা য়ুনিয়ন অদু *দি চোথে জেনেরেল য়ুনিয়ন, মণিপুর* অমসুং *দি চোথে নাগা জেনেরেল য়ুনিয়ন, মণিপুর* হায়না কাঙলুপ অনি থোক্লা খায়দোকখি। কাইনথংদা য়ুনিয়ন অনি অসি ইং ১৯৯৮ দা

*দি চোথে লিম অবোম , মণিপুর* হায়বা মিং অসিগী মখাদা পুনসিনখি। মদুগী প্রসিদেন্টনা আর. মরিম চোথে, ভাইস প্রসিদেন্টনা টিঐচ. জাশে চোথে, জেনেরেল সেক্রেটরিনা ৱাই. মাইপাক চোথে অমসুং জোইন্ট সেক্রেটরিনা পি.আর. কাইনেম চোথে না ওইখি। হায়রিবা লুপ অসিদা চোথে খুল ১৭ (তরাতরেৎ) য়াওরি। খুলশিং অদুদি বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিকতা *লমলাংহুপী চোথে ভিলেজ* অমসুং *লমলাংহুপী খুন্নৌ* চান্দেল দিষ্ট্রিক্তা *তম্পাকখুল, লাইনিংহু চুম্বং, খোঙখাং, অজৌহু, ফানতু, চোথে খুন্নৌ, চন্দোলপোকপী, জিওনতলাং, সালেমথর, লিরুংতাবি, লুংহু, লুংলেহ, ওল্ড ৱাংপ্রাল* অমদি *ন্যু ৱাংপ্রাল* হায়রিবশিং অসিনি।

চোথেশিংগী মরু ওইবা শিনফমদি লৌউশিংউবনি হায়বা তাই। মখোয় অয়াম্বনা হৌজিক তম্পাকলৌ উনরে। অদুম ওইনমকচান্দেল দিষ্টিক্ত কী খোঙখাংনচিংবা খুল খরদদি পামলৌ উনরি। খুল অসিগী মরু ওইবা শেঙ্থোক লম্বী অসি সোইবুম নম্বা অমদি হৈরিবোপকী পোথোক অসিনি। খোঙখাংদা শেম্বা শোইবুম অসি মোরেরোমদা অমদি ককচিংদা পাক শন্না য়োললি। মসিগীদমক ককচিং পলেলনচিংবদগী মৈতৈ নুপী লল্লোনবীশিং খোঙখাংদা শোইবুম অমসুং হৈরিবোপ তিকপা চহি চুপ্পা লাকই। হৌজিক্তি খুল অসিগী নুপীশিংনসু পোৎলমশিং অসি পুদুনা অনকপা কৈথেলশিংদা য়োনবা চৎনরে। অমরোমদা চান্দেলগী চোথে খুল খবগী খুঞ্জা নিপাশিংনা লী অমদি বানা শাবা পোথোক খরসু পুথোক্তুনা শেন্দান লম্বী ওইনবসু য়াওই। মখোযনা শাবা পোৎলম খবগী মনিং পনবা য়াবদি য়াঙ্কোক, থুম্মোক, ফৌরা, পোলাং, মোবা অসিনচিংবনি। মখোয়না উদা হক্তুনা শুম্বল মচা/ অচৌবনচিংবসু শাই। নুপীশিংনা নাৎকী অমদি ইমুং মনুংগী শিজিন্নবা কি রোলসু অদুম শানৈ।

লোন কিজেৎ অমদি থাজবারানচিংবদা খুল অমগা অমগা খরা খরা খেন্নবনসু খুল তরাতরেৎ অসিদি *হুইপিখোবাংডা* হায়বা শুরুং অদুদগী *থোবকখিবা* *কচোকতে* অমদি *থানিদমগী* চারোন শুরোননি হায়না চেৎনা লাউনবি। হৌজিক বিষ্ণুপুর দিষ্ট্রিককী *লমলাংহুপী চোথে খুল* অসিগী য়ুমথোং খরা নত্তনা মতৈ খুলগী খুঞ্জা অমাম্বনা বাপতিষ্ট মিসন অমদি রোমান কেথোলিকনচিংবা শিংলুপশিংগী মখাদা খৃষ্টান লাইনিং লৌনখ্রে। অদুম ওইনমক লমলাংহুপী চোথে খুল অসিদা ইবুধৌ চোথে থাঙবাই পাখংবগী অশেংবা খুভম লৈবগা লোয়ননা অঙনবা মতমগী চৎনরোল খরগীমখৈদি ঙাকক্রি।

**লাই ইমো**
**ৱাইঃ মাইপাক চোথে**

# চোথেগী খুনুং ঈশৈ



ইনমপৈ কুম্মৈদা লৈশাবীশিংনা পুং থিন্দুনা ঈশৈ শকলি।

## ইনমপৈলিন-লা

(*ইনমপৈলিন* হায়বসি চোথে কাংলুপকী অথোইবা কুম্মৈ অমনি। মসি ফইরেল থাগী পানখৎলকপদা হায়বদি থানিল (পুর্ণিমা) মমাংগী নিংথৌকাবা নুমিৎ অমা খুলগী বুংকুং (থৌবৈ) না লেপ্লদুনা হৌই। কুম্মৈ অসি নুমিৎ তরেৎনি চৎপা পাঙথোকই। কুম্মৈ মনুংদা লৈশা-পাখংশিংনা জগোই মখল কয়ামুক শাই অমসুং ঈশৈসু শকই। মদুগী ঈশৈশিং অসি অতৈ থৌরমশিংদদি খক শক্লদে। অদুগুম্বা ঈশৈশিং অদুবু ইনমপৈলিন-লা হায়না খংনৈ। ঈশৈশিং অদুগী মথেক মখাদা মীতৈলোন্দা অর্থ খরগী মখৈ হন্দোক্লুনা থমজরি।)

১। অনচমম্মা রো পুংপ্রেয়োদে।
লমচারো ও: ও: অনচমমা সিক্তুইরা সেরা আ·
অনচমা রো পুংপ্রেযোদে।
লমচারো ও: ও: আই হুংপ্রোরা আ!
সেরা:------আ. অসেএরা —

(শেনবাং হায়বা উচেক অসি মীওইবগা হৌমিন্নরকএ. অদুনা মী লৈবা য়ুমদতা মন্থম শাদুনা লৈ হায়না শৈথাবনি।)

২। সিমনিংঙেএ. বাম নৈচুএ· আ অচোংঙাদা:পসা এ.
অনচোংঙা আদা আ:পসাএ·
য়ৌতুই. দৈয়াএ।
সিমনিংঙে এ: বাম নৈয়ো সিমমে এ. নুবো
লেলোংঙে, যৌতুই দৈয়াএ! অসেএয়া - -

(সেনবাং মপীনা মন্থমদা লৈহৌবা মচাশিংগীদমক মচীন্দা ঈশিং পুরক্লুনা মচাশিংদা পীথকপবু শৈথাবনি।)

৩। সিময়ুং লৈই কাই: নৈচুএ
হুনিংঙা নু উ দা দা আ: কারোনো!
অদিৎতে এ সুউ য়ৌবুংঙে
সৈয়ামমা নুউ দাদাআ কারোনো!
দারাচুং সে য়ামলুইয়ো
ও: ও: ৱাই সিনতা অ: কারোনো!
পেরোং হাইসে য়ামলুইয়ো ও:
ৱাই লিমতা আ দৈয়া এ!
অসেএ - য়া—

**(পাখঙশিংনা মমাম্নবশিংদা মা-মাগী নুংশিনবীশিংবু উম্নবা চৎমিন্নরুসি হায়না হৌনবনি।)**

৪। অনিতু উ পা তারোংহাই ই:
নৈচোং তু পা আ: তারোংহাই!
তারোংহাইসে য়ামলুইয়ো ও: ও:
সোময়ু বুইনো ও: ইয়াএ !
অসেএ - য়া —

**(মশুনিপাবু য়ু পুথোরকউ হায়না থেমদুনা পাখোন শিবগী ঈশৈনি।)**

৫। অশে এ: ঙিননা ৱাঙিননা অ:
অ: চিংহুং লেননা অ: ইয়াএ!
চিংহুং লেননা মিহুংলৌ পাচুও: ও:
ফুরে রোংঙে এ: ইয়াএ,
অসেএ - য়া —

**( চীংদা চৎলগা য়ানলুবা উপাল অদুনা, পুং ওইনা শাশি। অদুগা পুং হোংবগী কুম্মৈ তৌশি হায়বনি।)**

৬। অসেঙিননা ৱাইঙিননা অ:
চিংহুংৱাইনা অ: ইয়াএ
চিংহুং ৱাইনা মীয়ুং সাইলৌ
পাচুও ও: ৱাই য়োও:
সুমসাং দাইরোংঙা দৈয়াএ !
অসেএ - য়া —

**(নোং ভাল্লদুনা ফৌ লৌরুনবা মীশিংনা লৌদা চৎনখরে।)**

৭। অহুয়ুং লোন্নো
চীংহুংয়ুং লোন্নোও:
চীংহুং উ শনসিয়া আ: লিকলোৱে,
ও: অসেকেরেএ সেবুই ই:
পিয়াইয়া আ: অসেলিয়াইয়া লিকলোৱে!
অসেএ - য়া —

**(খুনগী অকোয়বদা কোয়না চৎলুবদা থেংনরকপা অৱা-নুংঙাই পুন্নমকপু শৈথাৱা ঈশৈনি।)**

৮। অহুৱো ওদাআও - সেংহুং উ:
আদাও সেংহুং উ: দাইয়ে
তাজামমারো ও: তাঙৈয়ো
অতুইয়োদাও: লেকতুই ই:
আদাৱো ও: লেকতুই দাইয়ে
শিমলৈয়ারো ও: তাঙৈয়ো!
অসেএ - য়া—

**(কুমসিদি য়াম্না ঈংনা চিক্লা পাল্লে। ঈশিংসু হাওরে, শোক্রুনা থম্বা ঈশিংশু ফসনু । ইবুংশিংনা শোক্রুনা থম্বীবা ঈশিংসে ঈংইদকো!)**

৯। তাঙদৈকি ই: চঙ লৈয়া আ:
লেরো কথিংলু উ: থিংলু উ:
ঙিদৈয়া লেমাও ৱে কথিংলু
ৱেও: কারু উ: দাংচুও:
ও: থৈনুৱাই ই:
ৱেংঙা আ: হোইমোৱে
হোইমো ওঃ ৱেহ্!
আসেএ - য়া—

**(চীংদা চৎলুবা পাখংশিংনা মকোক্তা শীং কোকথোং পুদুনা কুমথরকপসে য়েংবদা ওম্ভোক্লা ফজখ্রে হায়না শৈথাবনি।)**

১০। তাংদৈকি ই: চংলৈয়া আ·
লেরো ও:কাথিংলু উ·
থিংলু উ: ঙিদৈয়া, বারো
হৈয়িংকিই: থৈ নোইয়া আ:

লেরো কথিংলু উ:
হুইসোম হুইবাইয়া ওকলো ওরে!
অসেএ - য়া —

**(মরুপ-মপাংশো ঐখোয় পুন্না ওক অসি অমুক্তা মৈ থাদুনা লৌমিন্নসি। অদুগা থোংদুনসু চামিন্নখিসি।)**

১১। তাংদৈকি ঈ: চংলাইয়া অ: আ:
জুরুম তাংঙা ও: ও:
সুমবে এ - ইন্নারো চুপপেএ!
হৈয়িংকি ই: থৈ নোইয়া -
অ - আ: জুরুম তাংঙা ও: ও:
য়ৌতুই ঈ: ইন্নারো: চুপপে এ -
অসেএ য়া—

**( নহা ওইরিবঙৈদা য়ু খরুং শংলগা তোংজি চিংদুনা চুপই । অহিং মীশেন খাংদুনা ৱাইয়ু খরুং শংদুনা ৱাইয়ু পেননা চুপ্পুনা থকই ।)**

১২। তংদৈকি ই: চংলৈয়া অ:
লেরো কাচংবান ই: ই:
পেরোং ও: সিমদৈয়া লেমো!
হৈয়িংকি ই:থৈ নোইয়া আ:
লেরো কাচংবান ই: ই:
তোংথি ই: জুংকুই য়া হোইমোও:
অসেএ - য়া —

**(নহা ওইরিবঙৈ, কল্লিবঙৈদদি ইখুৎমক্লা তোংজি পায়দুনা থকউ হায়না য়ু লাল্লম্মী। অহিং মীশেন খাংদুনা ইখুৎমক্লা তোংজি পায়দুনা লানবদো ফজদ্রা?)**

১৩। তংদৈকিই: ঈ: চংলৈয়া অ: আ:
লমমু লাইয়াও: ও:
অথা আ: লৈচংঙা অ: লাংচেএ !
হৈয়িংকি ই: থৈ নোইয়া অ: আ:
লমমু লাইয়া ও: ও: তুইসা অ·
লৈচংঙা অ: লাংচেএ!
অসেএ - য়া —

**(নহা ওইরিবঙৈ, কল্লিবঙৈদা ইখুলবু নিংথিনা ঙাক-শেল্লি।)**

**অহিং-মীশেন খাংদুনা ইখুলবু য়েক্লবা চংহন্দনা ঙাক-শেল্লি)**

১৪। লৈয়োনিই: পান সক্কাঅ: আ:
চোইতুই নচুংঙা অ: আ:
পুচোংসাই ঈ: রৌৱা লেমো ও: রে
সোরে এ: পু রোংঙেএ-এ
অসোন লেংতিননা অ: আ:
পুচোংসাই ই: রৌৱা অ: লেমোও রে
অসেএ - য়া —

**(লৈশা নংনা (য়ু) য়ুগী ঈশিং পাম্নবদি অহন-লমম্না হায়দ্রিবঙৈদা চৎলবা । অহলশিংদি হৌনদুনা (য়ু থক্লবা) লাক্লেনে। ইনিংথৌ থিল্লুরগা, অহল লমনশিংনা হায়দ্রিবঙৈদা (য়াথং পীদ্রিবঙৈদা) হল্লবা!)**

১৫। অজুপান পা: সাক্কা অ: আ:
বুংপি-কোরাদা অ: আ:
ৱারুই ঈ: লিয়াই-য়া সিমচেএ!
বাও: এক লুই সিমমে এ: এ:
বাতিন্না আ: রৌৱা অ: সিমচে!
অসেএ - য়া —

**(*নুপীনা মপুরোইবদা ওইনবা* - ঐগী নিপানা উ য়ান্দুনা ৱাবসু পামজদে । উচেক নোঙ্গৌবীবু উরগা মানা ফানবা তান্নে। নোঙ্গৌবী চেক্লানা মথী চিংলল্লগা নংবু লক্লবীদুনা পাইখিবা, পাইবা ঙম্বসু নত্তবা নংনা ফাননবা করিগী হোৎনরিবনো?)**

১৬। থিংহাই ই: বুং তাল্লে এ: এ:
থিংহাইবুং তাল্লে এ: এ.
ফুইপা আ: তাইনা লো
ও: থাচেএ:তুইয়ো ও: লিম তাল্লে
এ· এ: চংতুই লিমতাল্লেএ:
তুইঙা আ: তাইনা রোও: থাচে এ!
অসেএ - য়া —

**(উ খায়দুনা মপৈ পৈরল্লগা. শওম ফাননবা তাল্লবদি ফৈয়ে। তুরেলগী ঈশিংনা লুনা শেংনা চেল্লবা. অদুগা ঈচেলসু কল্লা চেন্দ্রবদি ঈশিং মনুংদা ঙাশিংনা চেনবদু য়েংবদা ওস্থোক্লা ফজেয়ে।)**

১৭। তুইচুমলেন এ: নু লেনকাইয়া অ: আ:
লাংঙা রোম তুই কারেংঙো তেএ:
অদিৎতোং ও: সন কদিয়ো ও:
লুংসি সংঙে এ: ইয়াএ !
অদিৎতেং কুমদিমাবাং ও·
অদিৎ তেবোই ই: লৈয়োরাং তেএ:
কদিয়ো ও: রো চুতাও: ও: ও:
লুংসি সংঙে এ: ইয়াএ !
অসেএ - য়া —

**( যুমদগী হেন্দোকতুনা চৎথোকত্রিবী নুপীনা হীদাকমনা মহী ইনিংথৌদা লাল্লগা নুংশি ৰান্নী শান্নবসে কয়াদা নুংশিশ্রবনো । নুংশিনবসু কুইথরনু । নুংশি কাইহৌনবদো য়ান্নরো । নুংশিবী নংবুদি পামজশ্রে, নুংশিজশ্রেদা!)**

১৮। মামাসে এ: বুই লাংপা ও: ও:
কৈকুম সোত্তে এ: এ: ইয়াএ: তেএ:
অদিৎ সুমতা নোনিংএ: এ:
সুমতা নিংঙে এ: ইয়াএ তেএ:
বুংপিয়া আ: পাঙ্গ অথাএ: এ: এ:
সুমতা নিংঙে এ: ইয়াএ·-
অসেএ - য়া —

**( নহাক্কী ইমাদগী সেন লৌবদো, ঐসু ভায়বা কুইরে, অপান্বা সেনবুংসু পীনিংদে। সেনবুংদি পামজশ্রে। উপাম্বী মথক্তা শাৎলিবা লৈসে ফজশ্রেদা। হেক্কুনবু পুজনিংশ্রেদা। )**

১৯। সিমনিং ঙাকলেও. হোনচন্নো
ও: ও: কাংঙো লমবাই ই. কানুংদি তেএ:
হুংতেরৌ উ: চোঙ্গ চামোএ এ: এ:
মেবোংঙাই চোঙ্গ ই: চামুবে!
হুংতে রৌউ চোই চামোএ এ: এ:
মেরোংঙাই চোই ই: চমোএ
তেএ: কাঙো লমবাই কানুংদিই ই:
মেরোংঙাই চোই ই: চামোএ !
অসেএ - য়া —

**(লৈশবীবু লক্কবদো তোক্লো। লমদম অসিবুদি পামজশ্রে- ফজশ্রেদা, পামজশ্রেদা। পুং য়ৈরিবসিসু য়েংবদা নুংঙাই, শা-ঙা পুরিবশিং অসিসু য়েংবদা ফজে, পুং য়ৈরিবসি য়েংবদা নুংঙাই, শা-ঙা পুরিবশিসু য়েংবদা ফজে। লমদম অসে পামজশ্রেদা।)**

২০। তুইসক মুই কুম লেনিংঙে
এ: এ: তুইদং য়োই কুম—
লেন্নিংঙে তেএ: তুনা কে এ: রে
লাংচুরোও ও: ও: লাঙচুবোঈ
য়েএ: ইয়াএ তুনাকেএ. রে লাংচুও ও: ও:
লাংচুবোইয়ে এ, ইয়াএ মে তেএ:
সিমনিং ঙাকলে লুইদৌদাই ঈ:
লাংচুতম মে এ: ইয়াএ:
অসেএ - য়া —

**(নিংথৌজাশিংগী ফাল্লুপনশু পুন্দুনা জগোই-ঈশৈ তৌদুনা লেল্লি। হৌজিক্তা পোকপা অঙাংশিংসু লাংসনু । ময়াম পুন্না লাংসনু। লৈশাবীশিংবু লক্কবদি পাখংশিংনি। লাংলিবশিংসে ওম্থোক্লসু য়ামশ্রেদা ।)**

২১। সক্কা চিনই বুই কামারে এ: এ:
কাদাইয়োই নুউ: কমারে তেএ:
সৈয়ামমা আ: নু: চুংঙা ও: ও·
লেংচং নাংঙে এ· ইয়াএ·তেএ
কারেং চংলে নোনতারে এ: এ:
লুইচু নাংঙে এ: ইয়াএ !
অসেএয়া —

**(চান্নবী, ইমাদি? ঐনা লক্কজবী, নংগী ইমাদি ? হংজরিবসে নঙোন্দনিনে। নিংথৌ ওইবা য়ারোই, ওইগনু। ঐনা নিংথৌ ওইরবদি নংনা খুরুমগনি, নোনজগনি। পাখোনলোই ওইজগে খনগনু।)**

২২। কুমপিয়া: রো: লেল্লুই য়ো ও: ও:
চন্নারে: রেএ ইয়াএ তেএ
অকেবুংউলে সোকলৈয়ো ও: ও:
তৈ চং নাংঙেএ ইয়াএ !

